# লৈচিল্লক্কা পূর্ণিমা

( অহানবা শরুক )

( ড্রামা )

ইরবা

শ্রীতাইয়েঞ্জম মনি সিংহ।

হৈঙাং লাই হয়াঙকম মমা

কোংজবী—তাইয়েঞ্জম নিঙোল মংসিতম ওংবী শিজা দেবী অমসুং
কুমারি রাইখোম জামীনি দেবী

অহানবা নম্বা—১৯৭১ অগষ্ট ১৩

কোপী—১০০০।

ফংফম—ইম্ফালগী লাইরিক য়োনবা দুকানশিং।

মক্কম—ধনেশ্বরি প্রেস শগোলবন্দ মৈনো লৈরক ইম্ফাল, মনিপুর।



মমল লুপা ২'২৫

# থাগৎপা থরা

"লৈচিলক্তা পূর্ণিমা" (ড্রামা) হায়বা লাইরিক অসি ফোংদোকপা খোঙমদা থোক ১৯৬৯ গী সেপ্তেম্বর তাং ১ দগী হৌরকখিবা ইবা অমসুং তাং ১২ দা লোইখি। লাইরিক অসি ঐগী হৌজিক মণিপুরগী ডাইরেক্টর অফ এডুকেশন নিঙ্থৌ মংসিত্তম ওংবী শিক্ষা দেবী কীনা থোক ১৯৭০ দা Director of Education দা Publication Grant পীদবক থাগৎপিখি। অহুনা থোক ১৯৭১ গী মার্চ থাদা লাইরিক অসিদা Grant পীরুবা মতিক চাগ্রবা লাইরিক অসি সমাজদা ফোংদোকপিবা অসিগী দমক হৈচে অমদি সিক্ষা বিভাগ অসিবু হন্না হন্না ধন্যবাদ তৌজরি।

অদুগা বনামগী মতাংদা ঐখোই ইবাই মংসিত্তম তোনপিশক সিংহ (হেড মষ্টর শ্রীবোন হাই স্কুল B. A.) না য়াম্না কুপ্না য়েংশিনবীখি। মসিগী দমক্তা থুক্‌মজারি।

অদুগা সেনগী মতাংদা ঐগী মরুপ শ্রীকে, খোইবনা তেংবাংবিরকই i মসিগীদমক্তসু থাগৎচরি।

অদুগা লাইরিক অসিদা অসোই অয়াব কয়ামরুম য়াওরবসু পাবীরিবশিংনা নোরিবী Writer নি খনবিদুনা ঙাকপিগ'ন থজে।

তোঙবগী লাইরিক অসিনা সমাজদা থরদং কারবা ফংলবদি পোকপগী মহৈ য়াগে থগুগনি।

অইবা—

মনি সিংহ

তাং ২ ৮—'১ ইং

# কচ্চবা

—:( • ):—

পুন্সি চেংজেল লোইথ্রবা
তাইবং ইপাক লানথ্রবা
অকাওবগী লৈয়োল চনথ্রবা
নিংশিংবগী য়্রাংমদা লৈথ্রবা
হা…পম্বো অপোকপা
কোলোয় মৗংলেন হায়রগা
৺কুলাবিধু হায়বা মীঙোবা
নহাক্কী নথুয়া চরন্দা
তোল্লব, পাংলবা নচাগী
লৈচিল্লক্কা পুণিমা থুদোলসে
ভক্তিগী সেমপাক্তা হাপ্তুনা
কচ্চরি পম্বোগী চরন্দা।
ভমজদেকো মুংশিরবা পম্বো'ও
লৈকোল থুদিং চত্তুনা
অরাংবা পামেলগী উশাদা
নিংথিবা লৈরাং হেকচবা
অবেম্বদা শাংপী লৈরাং
থর'সি নচানঃ হেকচত্নুনা
মীংকী পীগা লোইননা
কচ্চ'রি পম্বোগী মকমদা
কুমজা মশিং য়ামলক্লে
পম্বোগী চেংলো উদব
অদুবু ঙসিদি উররক্লে
নোংদোল লৈচল মররক্তা
পাম্বোম অনি তিংথোক্ত্রনা
পীগা তরঃ শিন্থুনা
লাইবক থিবা নচানা
কচ্চবা থুদোল 'অসিবু
তরাম তরাম্ লৌশিনবা
লংনবীমুগকো লাইওইথ্রবা পম্বোও
মতিক চাত্রবা নচাগী
লৈচিল্লক্কা পূর্ণিমা থুদোলসে।

পম্বোগী তোল্লবা পাংলবা নচা
মনি সিংহ।

# শক্ত

## নুপা

| | |
|---|---|
| ১। বোরজাওবা | বি, এ, লৌউবা |
| ২। রনবীর | পঞ্জাবী ঠিকা |
| ৩। ব্রোজেন | ডাক্তর F. R. C. S. |
| ৪। জিবোন | ব্রোজেনগী মনাও |
| ৫। প্রিয়ো | পাখণ্ড অমা |
| ৬। কুমার | প্রিয়োগী মরুপ |
| ৭। জয়চন্দ্র | প্রোফেসার কুঞ্জমালাগী মপুরোইবা |

## নুপী

| | |
|---|---|
| ১। কুঞ্জমালা | বোরজাওবগী মচানুপী |
| ২। ভানুমতি | রনবীরগী মচা নুপী ডাঃ F.R.C.S. |
| ৩। জামীনি | ব্রোজেনগী মচলনুপী |

অতাওবা, অতাং অমা, অমমুং নিপা অমনচিংবা মীওই থরা

# নৈচিঙ্লক্তা পুর্ণিমা

১বা উৎপা

মক্তম :- সুংথিল স্কুল কুম্মরকপা।

মতম : বোরজাওবগী য়ুম।

( কুঞ্জমালা লেডিজ সাইকল অমা তোংলগা কোঙ্ছোং-লোমদগী থোজিল্লকই য়ুমাংদা থাম্নগা, মাঙোল কাথক্তুনা শো লোনবা খোংজাও অতু শো হাংলি )

কুঞ্জমালা :—করি শোনোনে, হাংবা য়ৌদবা অসিবু Made in India ওইরিবনি। এ…এ …. য়ারে য়ারে Made in England ওইরমানে।

( খোং হাংলমলগা চংশিন্দুনা গাড়ী কেরিয়াররদগী লাইরিক্তু, কোরগা মাগী নিঙোল কাগী Iron Chair অদুদা ফমলগা, লাইরিক খাওদগী বোই অমা পুথোক্লগা তুমিন্না পাই। মক্তম অসিমক্তা প্রিয়ো অমসুং কুমার সাইকল অমমম তোংলগা কোঙ্ছোংলোমদগী থোজিলক্তুনা কুঞ্জমালাগী সাইকল নাক্তা থামলরে )

কুমার :—কুঞ্জমালাগী Fatherসু আ….লৱাইদা চৎখ্রেদো। হৌজিক কুঞ্জমালা মথন্তা ইমুং অসিদা লৈরেদো। প্রিয়ো ভাই।

প্রিয়ো :—অদুবু হৌজিক করম তৌনি, হল্লসি। কুমার ভাই

কুমার :—ইসে…থম্বাল হেক্কে লাক্লগ, তিংথং কিরবদি কদাইদগী থম্বাল হেকপা ওমজগদগেনে মরুপ প্রিয়ো। কুঞ্জমালা কৌবী লৈরাংগী নাক্তা মুংশি কোলোয় ওংলুগে হায়দুনা লমদম তাম্না পাইরকপ মরুপ ৱাখোই খোইমুগা, খোইবী নিংথো খোইওাং ঐগনা সাইথপ তৌনা পাইরক্লগা লৈরাংগী নাক য়ৌরমদাইদা শামাই লৈরগদরনে মরুপ ৱাখোই।

প্রিয়ো :—চুমই মরুপ, খোইবী নিংথো। নিপামচানি লান চংলবদি মাই ওন্দবী শিবা মল্লগা মাই পাকপা ….হা।

কুমার :—বস ! ( মথুংনা হেন্দলদা কয়া ফুজিল্লুবা ) অয়ো ( মথুং ক্রফ্রং কল্লি, প্রিয়া ওক্না য়েংদুনা লৈ ) অদুতনি ঐনা পাম্বনু ( ষ্টেল য়াওদবা ধকানা মনিং মমাং য়াওনব গাড়ি মরু কোকপন্নু শুমাংগী চিদাই চুজাক হৌরিবা অহুগী ময়াদা ইয়েন তুহল্লগা ) মরুপ প্রিয়োনা কৃষ্ণমালাগা উন্নবিরুদুনা মুংশিরবা রসন থল্লবা মুংশি মুংওলগী র রি ৱাতাই চৌকথনবীয়ু।

প্রিয়ো :—(ইংলিসকী হম্বরদু ষ্টেন্দ ওাক্লগা) এঃ করি ৱানোনে, মরুপ্পা মাং থাদুনা চংবিদুনা ৱারি হৌদোকপিগর হায়রগা ইথম্বা চংলু হায়রিবা অদুবু মরুপ্ লোয়নরকপগী করিদি কাম্নরি (পানমা চমদুনা থকপা)

কুমার :—মরুপ প্রিয়ো ইস্তুরভিয়ুদবু মী লোইনবা মুওাইগদবনে পাংথেদকো নংসে ( প্রিয়োগী চিনবান্দগী চুরুত্তু 'সতোক্লগা থকই ) নত্তে love তবো ইকাইবরনে হেক চংলোবা।

প্রিয়ো :—ইসে নংদি খংদ্রবা। যেংউ ঐগী মীহুৎনসে।

কুমার :—( প্রিয়োগী থবাক পাইরগা ) ও ··· মীহুৎনসিদি থুলোক লৈরবদোনা লৈরেনা কমদোনি সিদে। ভাই ভাইখো নংনা ইস্তুরভিন্থ চংলমদাইদা ১দি সুপীগা রারি শারমদাইদা মীহুৎ মথেল লাংহুনা ইরাং হৌরিবা করিগীনো ? কারদে সে মপা লাকপনা হানগনি চংলো ( ইনশিনবা )

প্রিয়ো :—হোইদা নিপামচানবে ভাই নং নিংথিরা গার্দ চংলমউ ঐ ইমুংদা কুঞ্জমালাগা লুংঙাইনা ····।

( তপ্না থুনিং কাংনা মঙ্গোলদা কাথংলি কুমার শুমাং মতোন্দা চঙ্গৎ হন্দা গার্দ চত্নুনা লৈ )

কুঞ্জমালা :—( ভসাই মথৈ বোইদা ভুমিন্না য়েংহুনা লৈরম্বদগী বোইত্নু থমলগা তেবলদগী মীংশেলহু য়েংলগা ) কুঞ্জমালা ঐসে মীনা শক কৈজ হায়নবসে চুমইকো। য়েংউনে কয়াদা ফজরবা সরংকী পুনিমানা তমজনিংঙাই ওইরবা ঐগী মাইথোংনি। ঐগী শজি মিত্তাবু ভমজবী মিৎচিগী তেন অসিন্না পাথং কয়াগী মোংকম সোইদনা ওইরগনি। অদুগা তামো প্রিয়োস্নু ঐগী মিৎচিগী তেন্না কাপ্পদা মাগী থম্মোইদা কাওরেং লেংগ্রবনি।

( থোংজিন ময়াদা প্রিয়ো মঙক নোম্মী থোন থোক্কনা মোমোম মোমোনস্নু নোকই। অমরোমদা কুমার কোস্থোংলোমদা য়েংলু-রগা পাথংনা কিংনা থোক্লেল থোক্কনা থোনশিনদা [প্রিয়োবু মথুং থগুনা কৌই। তাদ্রবদা কুমারনা প্রিয়োগী গাড়ীহু ইন্নহুনা লম্বী অমরোমদা চেনখি )

হন্দক ঐখোয় স্কুলগী কুঞ্জমাল' হায়বা কৌবা ড্র'মা ( Drama ) অমা উৎকদৌরিবা অদুদা ঐ ঈশকস্থ খ্বাইদগী হেন্না ফজৈ। অদুগা ঐগী মিংস্থ কুঞ্জমালা কৌই হায়দুনা ঐবু কুঞ্জমালাগী পার্ট পু হায়রি।

( অমরোমদ' প্রিয়ো হরাওরি। অদুগ কোম্থোংংলোমদা য়েংলু-রগা ফিংনা ইপা পাখৎনা খুমিং কাংনা চেম্থোকলগা কুঞ্জমালাগী লেডিজ অদু ইন্নদুনা লম্বী অমরোমদা চেনখি )

পার্টস্থ ফারে। বাবাস্থ লরাইদা চৎখি, চৈ অসিদা কপ্পগী মন্তাংসি ওাইহাক্রা ঔরাইথিগে। কপ্পসি য়াম্না থি হায়, অদুনা মীংশেল য়েংলগা ফজনবা মওংদা কপ্পদুম তওথোকখিগে।

( মতম অসিদা ব্রোজেন মকোক্কা ফৌ বোড়া অমা পুরগা চংলক্কুনা শুমাংদা লেপ্লগা কোয়েং য়েংই )

ব্রোজেন :—ঐদি ইকাইখেদা মোই ইমুংসে লৈশাবী শাস্ত্রী অমস্থ লৈ হায়।

কুঞ্জমালা :—( মীংশেল য়েংলগা কপপা তম্ব ) হা··· হা····পলেম অপোকপী নমোম লাইবক থিবীবু (কপ্পা তোক্লগ') হুম স্থমতৌ কপ্পসিদি য়াম্না থিবো ইশু শুগৎলদনা।

ব্রোজেন :—( ওক্লা ) করিনো ইমুং অসিদা কপ্লেনা।

কুঞ্জমালা :—চিনবানসে য়াম্না কাথোক্কনা কপ্পা, মদুনা ফজবা ওাইয়ে (মীংশেল য়েংলগা কপ্পা তম্বা ) হা···হা···পলেম অপোকপী লাইবক থিবী কুঞ্জমালাবু তাইবং মালং পানসিদা করম্না হিংদুনা লৈসিগে। নমোমগী অরাবা অসিবু উত্রবরনে পলেমও··· ।

( কপ্পা ভোক্লগা ) অমুম্মা হয়েং ড্রামাদা কপকদৌরিবা ঐদি ইকাইবো কৈনা চারমদাইগী মতাংদুম্ম কপ্পা তমথিগে ( মিংশেল থমলগা বোইত্রু চেনা মথং মথং হাইদোকই ) ।

ব্রোজেন :—( ঙক্লা তারুরগা ) হায়স ! থম্মোই শোক্লা কপ্লেনা ( কোম্মোংলোমদা মথুং থত্রুনা কোই ) ।

কুঞ্জমালা :—( বোইদা য়েংলগা কপ্পা তম্মী ) ঙসি কোরৌ মুমিত্তা লাইবক থিবী কুঞ্জমালাগী পুন্সি লোইরু তথখ্রবোই । ( মতম অসিদা বোরজাওবা থোরি লিশাং অমগা কোম্মোংলোমদগী তকিং তকিং চেনশিল্লকই । ব্রোজেনদা ঙক্লা য়েংলমলগা পেরি পেরি মপি তৈথোকই ) হা পম্মৌ অপোকপা, নমোম লাইবক থিবীদি পলেম ইমাগী মাক্তা চৎলগে, নমোমবু ঝারৌগম্মুকো পম্মোও ।

বোরজাওবা :—( কপ্পা ) ইপাগী ইবেম্মা কুঞ্জমালা ! নংনা লৈথিত্রবা নমা পম্মুনা তেংথাবদি !

( কুঞ্জমালা ইফিং ফিংনা বোইত্রু পামরগা নিঙোল কাত্রুদগী মাঙোলদা থোরকই হেক থোরকপগা ব্রোজেনগা মিৎ চায়ে । মপানা কপপত্রু ঙক্লা য়েংদুনা লৈ ) ।

ইপা থম্মোয় পুবা মাদয়ে । ইচাবু করিগী শিরুগদগে ইপা লৈরি কুঞ্জমালা ( মপি তৈথোক তৈথোক্লা কপপী ) ।

কুঞ্জমালা :—বাবা করি তোয়ে কপ্লিবদি !

বোরজাওব:—( কপ্পা ২ ) নংমা লৈথিত্রবা নমা পন্দুনা কপ্পবা অত্তুদা ইপাগী থম্মোয় অসে কায়রেনে ইবেম্মা।

কুঞ্জমালা:—বাবা কপপা নপ্লেয়। ঐখোয়গী স্কুলদা ড্রামা অমা উৎকদোরিয়ে নচাম্নু ড্রামা য়াওরিয়ে মহুগী কপপা তম্বনে কপশিন্নবনে।

বোরজাওব:—ইয়া! ড্রামাগী পার্ট ওরাইবা ওইরে। ইবুংঙো ব্রোজেন, এ…এ… গুসাইদগী লুম্মী'রনি। হায় ইবেম্মা কুঞ্জমালা লাও নং তামোচাগী পোৎসি অমুক্কা থাসি ই….সে….লাও….নে প্রবৎ।

( কুঞ্জমালা তম্না চংশিন্দুনা কো বোড়াদু মপাগা মখোই অনিনা পায়। ব্রোজেনদি বোরাদু থুৎ পাই-কম চাহৌদবনা বোড়াদু কোক্তগী মাস্থি কুঞ্জমালানা "এ….এ" হায়দুনা ব্রেজেনগী খুদাং পায়শিল্লুই। ব্রোজেনম্নু "এ….এ" হায়দুনা কুঞ্জমালাগী খুদাং পায়-শিল্লুই। য়েংনরগা থংথা থাদোক্লে। অমরোমদা বোরজাওবা খোংকম চাহৌদবনা লোংনা তুরে। কো বোড়া অদুনা মবুক্তা নপ্লে মমিৎ ঙ্গোং ঙ্গোং ওন-থংলি "ও…ও…." লাওই মখোয় অনিনা খুদক্তা বোড়াদু থাংদোকই ব্রেজেমনা "থুরা ইবুংঙো, থুরা ইবুংঙো" হায়না মকোক্তা পংকামদা কামই। কুঞ্জ-মালানা "বাবা বাবা" হকচাং নোম্মী ওইহাক লৈরগা "অহম" হায়দুনা বোরজাওবা হৌগৎলকই)।

কুঞ্জমালা :—বাবা করেদনা স্বাই লাওরুরে।

ব্রোজেন :—থুরা ইবুংঙো হস্থরেদনা পিং লাওরুরে।

বোরজাও:—( শাওতক্লা ) করেদনা স্বাই লাওবী ইবেম্মা। হস্থ-
রেদনা পিং লাওবা ইবুংঙো ( মথোই অনিদা শংত্রিক
য়েংলুরগা ) ইবেম্মঃ কুঞ্জমালা।

কুঞ্জমালা :—করিনো বাবা।

বোরজাও :—( মতৌ তমদুনা ) করিনো বাবা হায়নং তামোচাগী
চিয়ার অমতা পুপোকলকউনে।

( কুঞ্জমালা চিয়ার অমা মাঙ্গেলদা থাই )।

কুঞ্জমালা :—অ....তামোচা....সোমদা লেংশিনবীয়ো।

ব্রোজেন :—য়াম্না কগনি ইবেম্মা ( কস্বা )।

বোরজাও:—হায় ইবেম্ম কুঞ্জমালা।

কুঞ্জমালা :-করি অমুক তাকপিগদবা বাবা।

বোরজাও:—নংগী তামোচা অসে অ....অথাপ্পা থুঙ্গংদগীনি লো উবা
য়াওচনা ঐখোইদা লৈরগদবনি। নখোই অনি
ইকাইনগমু শক খংবো। পোকমিন্নবা নচিন নৌপু্া-
মক্কি খন্নো। নংগী তামোচা অসে মমা ঙৈদা
ঐখোইদা লো উবা মাওরম্বা লৈখিদ্রবা ইতাও ইবুংঙো
চাওবগী মচানি অদুগা ইবুংঙো ব্রোজেন ঐ যনশিং
অসে ঈশিং পিথক্লুখিগে নং গুইহাক মচলগা রারী
রাতাই শাদুনা পোত্থারমথো। অদুগা তপনা ইপা
ইচা ঐখোই অহুম চতুনা কৌ অসি হোনজিনসি।

ব্রোজেন :—ফনি খুড়া ইবুংঙো

বোরজাও:—ইবেম্মা, চফুদা চাক ইনশাং লৈহৌরব্রা হা ?

কুঞ্জমালা :—য়াম্মা লৈহোই করিগীনো বাবা !

বোরজাও:—অদুদি আ…নংগী তামোচা অসে ঙসাই অমুক্তগী চাক চারক্তি্রবনি। অদুনা নংগী তামোচানা চরা রাম্নবা থর শিল লাংলুচো।

ব্রোজেন :—ঐ…তৌরবসু য়াবিনদা খুরা ইবুংঙো।

বোরজাও:—ইবুংঙো চফুদা লৈহৌবনি হঙ্গোইবরনে।

ব্রোজেন :—…এ…এ খুরা ইবুংঙো হঙ্গোইজদে হঙ্গোইজদে।

বোরজাও:—হায় ইবেম্মা কুঞ্জমালা স্বাইদা লেপনিংবোই তৌরদনা। চৎলুনে নং তামোচানা চরা রাম্নবা হায়বদো থর থুনা।

কুঞ্জমালা :—লেপনিংদেয়ে কৈসু অদো…ইন্সাংদি…।

বোরজাও:—ইন্সাং করি তৌরগে হা ?

কুঞ্জমালা :—আ…থুম য়াম্না য়াক্লে অদুনা আ…হোটেলদগী।

বোরজাও:—ইয়া…ঙরাং ঐনা লৈরকপা ঙানপ অতেকপদু নথক্তা চাবদা থুম য়াক্লবা। য়াক্লবসু ঙানপ থোংবনি য়াগনি চৎলু।

কুঞ্জমালা :—(শাওতরা) মীনা য়াকই তায়রমক্তদা সিদা চাগদৌরিবরো আ…চাকশংদা চাগদৌরিব্রা ?

বোরজাও:—সিদা হেক্তা পুথোক্লক্লোনে. ঙাংথে্রদকো নংসে।

(কুঞ্জমালানা শাওরংননা ব্রোজেনদা য়েংলকপদা মিৎ চান্নে)।

কুঞ্জমাল :—হৈমা ( ইকাইনা চংখি )।

বোরজাও:—ইবুংঙো ব্রোজেন নহাক্না কুঞ্জমালাবু নংগী আদা থুঙ্গংদা লৈহৌরিবী মচন ইবেম্মা জামিনীমক্কি থল্লুকো।

ব্রোজেন :—অহোয় খুড়া ইবুংঙো।

বোরজাও:—অদুদি খুড়া যণ ঈশিং পিথকলুখিগে ( থোকখি )।

( মতম অসিদা কুঞ্জমালা চাক পৃথম অমা পুবদুনা থোরকই। তুমিন্না ইন্সাংদা থুম থুবাম অমা হাপ-চিল্লি। মঙক নোমই তপ্পা তপ্পা ব্রোজেনগী নাক্তা চংশিল্লকই )।

ব্রোজেন :—( মথন্তা শেঙ্গবা ) তান্না চারিবা ঙানপ থোংবা।

কুঞ্জমালা :—তান চারগা কোলা চাই, তান চাত্রগা থুপাক চাই হায়বা খোংকমদুনে। চাক সিদা লৈরে ( মমাংদা থম্বা )।

ব্রোজেন :—( ইপা পাখংনা ) ফংদোবা, করি ওইবিরবনো ?

কুঞ্জমালা :—( মচিন থুমজিল্লগা নোকই ) চাক পুজরক্লে হায়বা চাবিরো। অরাৎপন্ত হায়বিরকউ ( খর হন্দোক্লগা ব্রোজেনদা শংত্রিক য়েংদুনা লৈ )।

ব্রোজেন :—অহোয় ফনি ( কুঞ্জমালামা য়েংলকপা অদুদা লৈফম থংদনা য়াম্না রামা লৈ )।

কুঞ্জমালা :—অ···চাবিরো করি অরাৎপা য়াওবিরবগে ?

ব্রোজেন :—অ···রা···ত্রে য়ারনি ( ফুক হোগংলি চাকলুক মপান্দা ঙেক ফমথে চাবা ঙমদে )।

কুঞ্জমালা :—অ…হঙোইবীরবোইরে ( তুমিন্না নোকই )।

ব্রোজেন :—হঙোইজদে হঙোইজদে ঈশিং অসে গ্লাস অসিমমদি ওক্কনি থাজদে ইবেম্মা।

কুঞ্জমালা :—অদুদি চাবা হোৌবীরমলো লৌথোকচরুখিগে ( চংখি )।

ব্রোজেন :—কনি ( মমিৎ মনা কোইরুপ ২ য়েংলগা মথুৎ হাম্নগা চাক খর খোৎথৈ তেঙোৎতনা ইন্সাংদু মহি হৈরগা তোৎলগা য়াম্না হরাওনা চথোম অচৌবা অমা হুকই ) এ…এ…( হৌগৎলগা মেনাখাদা ওথোকই )।

কুঞ্জমালা :—( তাঞ্জা অসিদা ঈশিং পুরগা থোরকই, মতৌ উবদা যোমোন নোক্লগা ) হৈমা করি তৌবিরবগে, হঙোই-বীরেদনা সিদে করম তৌনি ঐদি।

ব্রোজেন :—( শুগৎলগা ) ইবেম্মা হঙোইবা নত্তে, হঙোইবা নত্তে, থুম তাক্তা, ঈশিংদো পীবিরো ( লৌরগা মাচিন তেংই )।

( অমরোমদা কুঞ্জমালা মথুৎনা মচিন পায়শিন্নুনা নোকপা থাংলি ওয়ক্তুনা খিত্তুং "খিক খিক নোক্লি)।

বোরজাও :—( কোম্হৌরি অমা পায়রগা চেনশিল্লকই ) হায় রে… রো…রে…ইয়া মোইনা অসে। ইবুংঙো ব্রোজেন চরা রানবা থুনা লোইরেদা য়োৎপা য়াদ্রবরা ?

কুঞ্জমালা :—( নোক্না ২ ) বাবা চাক চারমদাইগী চিন তেংলিবা চাদ্রিবনে।

বোরজাও :—ইয়া… । হায় রো… রো… শঙোন্দা চংদনা ইথোংদা

চংখ্রেনে। চৈ চাদনা তোকলরনি মসে ( চেনখি )।

কুঞ্জমালা :—অ…ইন্সাং থুম য়াক্লবনিনা চগং ঙাক্কা চাবিরো ঐ ঙমু লৈরো লোথোকচরুখিগে ( চংখি )।

ব্রোজেন :—করেদা করেদা, লোপোকপিরনুদা করিনো অমুক য়াম্না থুম য়াকপা পোকচৈদগী থেংনরক্লি, নুপী, লৈশাবী, ছাত্রী অসিনা পীজনিংদবুনা থওইনা হাম্নবুম ওই-রমগনিয়ে ( চংশিন্দুনা চাকলুক মপান্দা কমই ইন্সাংদা মুম্না য়েংলগা ) পাম্মুইদা ঙানপ থোংবা। মহি তোৎপা চাক নং সোমদা তোঙাম্না লৈরো। ( না-কল অংদা থৈজিল্লি, মমিং কোইরুপ কোইরুপ য়েংলগা চগং ঙাক্কা চখোম অচৌবা অনি অহুমদং কিৎ কিৎ নমই, থবাক ফুল্লি মমিং মনা চপ য়ুংত্নুনা লৈ )।

কুঞ্জমালা :—( তাঞ্জা অসিদা ঙমু লৈরো পুরদুনা থোরকই মতৌ উবদা পাখৎনা ) হৈমা। করি তৌরে। ( চেম-শিল্লকই )।

ব্রোজেন :—( য়াম্না রানা ) থবাক ফুলে, থবাক ফুল্লে। ( কুঞ্জ-মালাগী মথুং পান্নরগা লুশমদা ফু হায়না ঈঙ্গিৎ তৌই )।

কুঞ্জমালা :—হৈমা ! শি তোকঅরনি ( লুশমদা থুতুম্না শুই )।

ব্রোজেন : – ঈশিং… ঈশিং ( মথুংনা লামদুনা থকই )।

বোরজাও —( তাঞ্জা অসিদা কংক্রু চিংলদুনা চংলকই কিংনা )

ইয়া। কুঞ্জমালা ইবুংঙো ব্রোজেন, কম্বিগীনো নথোই অনি ফুনরিবদি। হায় করম্বা লৈশাবীনো মসিবো (মথুং পায়দুনা চিংথোকই কুঞ্জমালা অমরোমদা মমাই ওস্থোক্লুনা নোকই)।

ব্রোজেন:—(থবাক ফুনবা করদুনা ফুক হৌগৎলি)। অহম চাক পুক পিক থল্লে। চাক্পা অমতা চানিংব্রে (কোইরুপ কোইরুপ য়েংদুনা লৈ)

বোরজাওবা:— (শাউনা) ইয়া নংবু করম্বা লৈশাবীনো। মী মচাদবো লুসমদা মমলগা থুত্তুম্না স্নুবা শুম্মীনে। চৎলু পুথম তেংগোৎশিং অসি পুশিনথো। ইয়া অদুগা চা অনিদা থুনা শেমলকউ।

কুঞ্জমালা:— (শাউরংননা ফুনবা নত্তেয়ে, মথানাউদা চাক ফুলিবা, অদুগী কনবা লাইকল্লরমলিবা। অ...চাকসিবো চাবীখিগনরো তামোচা।

ব্রোজেন:—চাররোই, পুমওক ওক্লে ইবেম্মা মুমিৎ তরেৎনি কাওবা চানিংলরোই।

কুঞ্জমালা:— অদুদি (পুথম তেংগোৎশিং অদু পুশিনখি।)

বোরজাও:—ইয়া সে কংক্রুচম চিংউ। নিংথিনা চাওনে। লাম্মী হায়দুনা থুং অনিনা চাবা য়াদবনি।

(ব্রোজেন কংক্রু লোরগা চিংই। মথোই অনি Chair অমমমদা কমদুনা কংক্রু লামীরদুনা থকমিন্নৈ।

কুঞ্জমালা :—( চা গ্লাস অমি পুরক্তনা থোরকই ওক্কা য়েংলুরগা )।
হৈমা নহা পাখংনবো কংক্রে থকইনেহে। পাখং জাং অমমিনা সিদে। ( টেবলদা চা থম্মী )।

ব্রোজেন :—( মৈখু কামখোক্লগা ) মহা খংদে, অহল খংদে লৌমী এখোইগীদি কংক্রে অসে হোটেলগী বোড়াগুম্বনি হা খুড়া ইবুংঙো।

বোরজাও:—অহোই ( চা থকই )।
( ব্রোজেননা চা লৌদুনা থক্কে ত্তৌই, কুঞ্জমালানা য়েংদুনা লৈবা অমুদা চা থকপা ওমদ্রে। চাগী ভাব কাওথিদুনা খংথক থকচিল্লি চাদু লংখাইখি মচিনবান্দা মথুং অমিনা পংকন্দা কল্লি )।

ব্রোজেন :— পোকএ .... পোকএ.... হা... শারে ... শারে। ( খুড়া ইবুংঙো পোকএ পোকএ (কোম্মো'লোমদা চেম্থোকখি)।
( বোরজাওবা অমসুং কুঞ্জমালা নোক্ক নোক্লা য়েংহৌই )।

কুঞ্জমালা :— বাবা লয়াই মচা হায়বা অসি'দি চাকচা ইথক কিজেং চাজেং, লমচং শাজং পুম্নমক সহরদা লৈবা এখোয়গী থিনা থেমৈকো চাওবং অসিবু যণপোং থোইবা হৈরমগনি থাজদেবো।

বোরজাও: —ইয়া ! চা থকপা কাওবা হৈতেন্নেসে ( শুমাংগী চিদাইরোমদা চংলি ওসাইগী কুমারগী সাইকল লূকোকপা অদুদা থুদি থিঙ্কিল্লি ) হায় ইবেম্মা

কুঞ্জমালা' কনাগী সাইকল মরু কোকপনো। অঙাং মুখী খংদনা।

কুঞ্জমালা :—হৈমা! ঐদি সাইকল লৌশিনবা কাওরে। ঐগী ওইরিনি (চংশিল্লকই গুক্কা য়েংদুনা লৈ)।

বোরজাও:—গাড়ীদু ইরেন হুগংনি। খাংনদু নাম্বোক্তুনা লৈ-পাক্তা তাখি। থুঙংলগা অমুকন্না হাপচিল্লি) সাইকল পুম্মমকপু চেম্ব্রহনবা গাড়ী। মত্তে নংবু সি তোংলগা স্কুল কাবরো নংগী সাইকলদুগ্‌া ওম্বোক্লখ্রবরো?

কুঞ্জমালা :—বাবা ঐগী সাইকলদো সিদা থনম্বনি। ঐনা ইমুং চংখি্রদৈদা....ঐ ভাব তাদ্রে। অদুগা সাইকল লুকোকপা অসিদি মমাই য়াম্না থকপা য়োংমানবা কুমার হায়বা যুং চাদবা পাথং শরি অদুগী সাইকলনি।

বোরজাও:—ও....অসোমগী কোম্বোংদা যুং চাদবা পাথং অদুনা পুখিবা সাইকলদু নংগী শোংররোই। কৈ খংগনি জেল পীগে হায় নংমে সাইকলসে ইল্ল্ ঐ কোসে ইমুংদা থম্জল্লখিগে (কৌবা) ও....ইবুংঙো ব্রোজেন গাড়ী মথক্তা ভোংদুনা লৈরবরো; বোড়া মচা-শিংদু হোজিল্লম্মু খুড়া সাইকল হুর়ানবা কারুগে। (বোরজাওবা বোড়াদু মথম্তা কম্থি পুথোক্তুনা পোঙৎ-ত্তুনা পুশিনখি। (কুঞ্জমালানা সাইকলদু ইল্লদুনা কো-হ্রোংলোমদা থোকখি।

LIGHT

# অনিশুবা উৎপা

মতম:— মুমিদাংবোই ।                মফম:— লক্ষ্মী ।

( লক্ষ্মী অসিদা প্রিয়ো কুঞ্জমালাগী লেডিজ সাইকল অদু ভোংলদুনা লাকই ব্রেক থংকা ফাদুনা থাম্লগা ) ।

প্রিয়ো:—ঐগী ইংলিসকী হুম্বর থংম্লগা কুঞ্জমালাগী লেডিজসে পুদুনা লাক্লেনা ঐদি । অদুবু ঐবু হোজিকপু হন্দোক-লুখিসরা ( সাইকলদা ভাদুনা থাথল ভাইংাক থল্লি । মতম অসিদা কুঞ্জমালা অংসুং বোরজাওবা লাকই । বোরজাওবনা লুকোকপা সাইকলদু ইল্লি । কুঞ্জমালানা সাংন্দু পাই, প্রিয়োনদি মখোইবু উদে ) ।

অদুবু ঐখোই ইকুবোকখোই লাকহোয়ে । করম্না চংলুগদৌরিবনো হেরা ঐগী মুপী কুঞ্জমালা য়াম্না শিংবী মুপীনি মানা থোক্ল থোক্লবা মরাইনা খুমজরনি ।

কুঞ্জমালা:—মুংঙাইরেহে ইবুংঙো ভাবনা অা....য়োখেনা ।

প্রিয়ো:—( থংপ্রেক থংই ) হা কমদৌবা ( লেপ্তুনা লৈ ) ।

বোর:—হায় ইকাই খংদবা কালগী নহারোল । মীমাং পোমাং য়েংদবা । ইবুংঙো করিগীনো নংনা য়েংবদা মীকম চেনথংলবা অকিবগী মশক ওইরবা মরু কোকপা

সাইকলসে থনম্লগা সাইকল অদু হুদুনা পুরিবা করিগীনো মং জেল পীমুবা ?

প্রিয়োঃ—হোয় খুড়া ইবুংঙো জেল পীনিংলবস্থ পীবিয়ু করিমতা কাইদে অদুদি ঐগী সাইকল নত্তে ঐগী সাইকলদি ( নিংশিংবা ) ও···কুমারনা পুরমলগনি ।

কুঞ্জমালঃ—( শাবন্দ্ মকম চানা হাপ্লগা ) আ তামো শুমাংদা থমম্বা সাইকলবু পুরগা মমিংদা ভাইরবা সাইকল অসে থম্বিরম্লিবনিনে । কদাই ঐগী সাইকলদু পীবিরোনে ( চংশিন্দুনা সাইকলদু লোই তুমিন্না শুগংলি । মপা উত্রিভৈদা চিঠী অমস্থ পীরম্মী খুদোম্বী উংলমলগা সাই-কল তোংলদুনা চৎখি ) ।

বোরজাওঃ—( লুকোকপা সাইকলদু তুহল্লগা ) ইবুংঙো মনিপুরদা মুপী লাইরিক হৈবা মশিং হস্থহনবসি মখোইগুম্বা হৌজিক কালগী নহারোল লৈবনমি মরমদি স্কুলদা ১দি কলেজদা চৎচবা ছাত্রীশিংবু লক্কবীরে চিংস্থ চিংবীরে । অদুদদি ছাত্রী অয়াম্বা কিনদনা স্কুল, কলেজ কানদ্রে । ইবুংঙো লৈবাক অসে লাইরিক হৈবী মুপী মশিং য়ামহন্দুনা চাওখৎহনসিনে স্না ···· ··· মতুম ( উশিত্তনা চৎখি ) ।

প্রিয়োঃ—( তুমিন্না ) চুমই ইকুবু । ইস ! ভারমতোকলরনি । ( চিঠিদু পুথোক্তুনা তুমিন্না পাই ! যোমোন যোমোনস্থ নোকই পাবা লোইরগা চিঠিদু চুপই । কোয়েং য়েংলগা

চিঠীদু থুপচিল্লি। সাইকল্দু উবদা থংশাও শাওই) ভাই কুমার অদুনা ইঙ্গাও ঙাওশিন্নরদনা ঐগী ইংলিসকী হম্বরদু মানা পুদুনা চৎলমজ্রবদি ঐ ঐথোই (কোয়েং য়েংই) ইকুথোইগি মমাংদা চোপ্লমলোইদোবনি (সাইকল্দু হুগৎলগা) সাইকল হন্নুবা উরোক থোং মানবা অসিবু পুদুনা ঐনা করম্না চৎকদোরিবনো নিৎ না চেজেৎ উইশিল্লগা থে িগে।

(সাইকল তোংথৎলি তাঙ্গা অসিদা জয়চন্দ্র ইংলিসকী হম্বর অমা তোংলদুনা লাকই তুংলোমদা করিগুম্বা অমবু য়েংই। থুদক্তা প্রিয়ো অমম্নুং জয়চন্দ্র সাইকল থেংজিন্নরে, জয়চন্দ্রদি তুদে যেটেল ও'ক্লগা প্রিয়োদা য়েতুনা লৈ। প্রিয়োদি সাইকল হন্নুবদুনা নন্দুনা অদুম্মক তুমিন্না হৌগত্তুনা লৈ। জয়চন্দ্রনা সাইকল্দু হুগৎলি অদু কাওবদা প্রিয়ো হৌগৎলক্তে।

জয়চন্দ্র :— ভাই থুর শোকখ্রবরা ? ( সাইকল্দু তুহল্লি।

প্রিয়ো :— (ফুক হৌগৎলকই) অয়ো...অয়ো... শিরে.... শিরে....। (মমিৎ উইশিল্লগা মথুৎ ওইদু পংকন্দা কল্লি ঙাইহাক লৈরগা মমিৎ লাওনা পাংথোক্লগা মথুৎ থুদোক্নী অদু জয়চন্দ্রদা ওনশিল্লগা মমিৎ লাওনা পাংথোক্লগা স্বরনা কম্না "ফু...ঘু...কাল্লি)

জয়চন্দ্র :— দরূপ কয়াম নানা শোক্লবগে ?

প্রিয়োঃ— শোক্রেদা ভাই তৌশিন্নবনি থাজবীদ্রো। অহুবু পম্মোয়দা থর শোকখে। (পানামা মচৈ অমা পুথোরকই, ময়াইদা থুদেক্লগা মতেক ১না জয়চন্দ্রগী চিনবান্দা থিংজিল্লে। মতেক ১না মাগী চিনবান্দা থিংজিল্লে। য়াম্না নক্না চংশিন্দুনা মৈথেৎ থেৎলি। চুরুট অনি অদু মতোন থেংনবা মকম অদুদা অমুক্তদা মৈ চুরে। * হন্দোক্লদনা মিনিত ১রোম মৈথুত্ত কামশিল্লৈ। প্রিয়ো তুং হন্না হন্না হন্দোক্লকই অদুগা সাইকল লুকোকপদু হুগৎলি। মিত্তি জয়চন্দ্রদা কুপ্তনা য়েংলি। সাইকন্দু জয়চন্দ্রগী নাক্তা তপ্না ইনশিল্লকই। তপ্না অমুক তুহলজি খংহোদনা সাইকলগী শাবন্দু লৌথোক্লগা চোংথংলগা জয়চন্দ্রদা কনগদবগী থপ তৌই। জয়চন্দ্র থুৎলৈ থুনা সাইকন্দু ইল্লদুনা চেললি থর চেল্লগা তুং হন্দুনা য়েংই। প্রিয়োনা অমুকসু তিংথত্তনা সুগৎলগা চোংথৎলগা শাবন্দু লংগদবগী থপ তৌই। জয়চন্দ্র হন্না অমুক য়েংলমদনা সাইকল তোংথৎলগা থোই। মতম অসিমক্তা কুমার তকিং তকিং চেন্থোরকই জয়চন্দ্রগী সাইকল্লা থেংজিল্লি।

জয়চন্দ্র খামলমদনা থোথি)

কুমারঃ- (লৈমাইদা পত্রাক ইরেন তুই ফুক হৌগৎলকই) নাদে করিমত্তা নাবীদেদা। কল্লিকো কুমার এসে (পাল্লোম অনিদু মুক্লগা) হেয়োনিকো দারা সিংহনি হারকুলিসনি

কিঙকোংনি (প্রিয়ো উৎম্মা) ও·· Dear (মথুং তিংথোক্লগা চংশিল্লকই)

প্রিয়ো :— ও……Friend (শাবন্দু থাদরগা মথুং তিংথোকই)

কুমার :— (থুং সোক্লরমদনা শাউনা) মরুপ প্রিয়ো নংগী সাইকন্দু নয়ুমদা থম্মীরম্লবনি। মরুপনা সাইকল মরু কোকপা অসিদা মঙক থৎপিরম্লি (সাইকন্দু হুগৎলগা শাবন্দু হাপচিল্লি) মরুপ নং কুঞ্জমালাগী Father না কেংস্তোং লোমদা যণ গাড়ী থোজিল্লকপত্র উদ্র ?

প্রিয়ো :— মরুপ কদায়দগী উমদগেনে। ওাইথো মরুপনা ঐগী সাইকলত্র পুরগা ঐ তাক্লমদনা তুমিন্না চেনখিবা করিগীনো ?

কুমার :— মরুপ্ ঐ ফিংমনবদগী নংগী সাইকনত্র পুবনি অত্তগা মরুপ ভাই ঐ তুমিন্নদি চেন্দেকো। মরুপ্লুবে সত্য থুং থত্তুনা কোবসে…মরুপনা তাথম্নবনা ঐ অদ্রুম চেল্লবা।

প্রিয়ো :— তুংলোমদা থুং থত্তুনা কৌরবদি য়াম্না তারনি থুদোং থিবা তারবা মতমদা অশেংবা মরুপ থংই হায়বদো চুবই। ঐ ওসিদগী মরুপ্লু শক থংজরে।

কুমার — হোয়নে থংলোনে করেনে। অদুবু মরুপ্লু করম্বা উপায়না নাঙ্গোরকপগে।

প্রিয়ো — ভাই ঐ তবলকে মুম্না তাও মুম তৌই। কুঞ্জমালাগী মপা লাক্রে হায়দনা মাঙ্গোলদগী মুথাংদা প্রবং

কুমথবা। তানজা অদুদা মাগী মপানা কোম্থোংলোমদগী প্রবং চৎলক্লুনা ( বোরচাওবগী মতো তমদুনা ভাংবা) "ইবুংঙো করি থবক্তা, ঐনা খুড়া ইবুংঙোমী লৈতমনে ঈশিং থক্তিক্তা থকে চংজরকপনি। অদুবু মী হায়রুনা ...। অদুদগী মাগী মাপানা 'হায় ইপাগী ইবেম্মা লাংলেন সনাহল কুঞ্জমালা লৈতবরো ?

কুমার :— (মরক থত্তুনা ) আ আ অঁদুনক হেক হায়বরা ?

প্রিয়ো :— উম অদুদগী দি ভাই......।

কুমার :— আ আ মথা হায়খো ( ময়া কাদুনা তাই )

প্রিয়ো :— (কুঞ্জমালাগী মতো তৎতুনা তশ্বা ) তনোরবী কুঞ্জমাল'না ইমুংদগী তকিং তকিং চেম্থেরক্তুনা 'হৈমা পম্থো অপোকপা খোঙদোই হুনবীরব্বো"রে। অদুদগী ঐ উরদা ফিত্তং মোমেন মোমোন তৌরকপদুদি ভাই পুন্সিগী কাউররোই।

কুমার :— আ....আ...পম্থো অপোকপগা হায়বা খোঙদোইগা হায়বা!

প্রিয়ো :— অদুদগী মাগী Eather হায় my dear Daughter লাংলেন সনাহল, পুত্রি ইবেম্মা নংগী তামোনা লাইজা ইপাল লাংগে হায়রি, থিল্লে কুঞ্জমালা water কল্লকউ। অদুগা নংগী Brother না ব্রাংলেন মিকুপ খর বিশ্রাম ওইনবা Iron Chair অমতা হায়া...। অদুদগী কুঞ্জমালনা "অথোবা বৈথো শিৎদোন হায়রুনা

Iron Chair অমা থাবনিনে। অদুদগী ঐনা কমত্তে-কপনিনো।

কুমারঃ— আ....আ.... মখোই ইমুংগী লোন্দা অ'সিদি বাজার ভ'সামীদনা ঐ অরেম্বদগী চেন্নমলে। মথা লিখো।

প্রিয়ো :— অদুদগী কুঞ্জমালানা চকুদা উয়ান্দা থাংদা হা ...I-am Sorry তুম্বদা ঈশিং পুখোয়রুগা ঐনা থকপবু বা....। অদুদগী মোই মপান অ...লরাইদগী লকোই বোড়া ১ পুরকই অদুদগী লকোই লফাং ২০ থক খোকতোরুগা ডুকান্দগী কবোক লৈরুরগা কুঞ্জমালানা ফোলা তোৎলগা ঐখোয় ইকুগা ঐখোই অহুম চাববু....। ইস.... পুক পিক থল্লি ভাই থাজত্রগা পুক য়েংউ (মবুক কংখোরুগ য়েংহল্লি )

কুমার :— (ম'তিন য়োংলগা তকপি শোল্লি ) অস ! হাওরিন্নিদা ভাই। ঐ তিম কুৎ কুৎ য়োংলি। ভাই ঐ চেন্নমত্রবদি কুঞ্জমালানা তোৎপা কোলা চাবা ফংলমগদবানি ভাই ঐ মতুং মনাও সুংচেল চেন্নরোই।

প্রিয়োঃ— অদুদগী ভাই কুঞ্জমালা মপা উত্রিত্তৈদা ভসাইগী চিঠিরু য়েংহনবা ) তো La tter অসে পিরমলিবা।

কুমারঃ— ও, ভাই অমুক্তা পাথেকে ( লৌতুনা পাবা ) My Dear Brother, Date, 8, 9. 69 ওসি তোল্লবি নচলমা ইবুংগী মফমদা শেংলবা চিনবালনা কোংদোপা ভমত্রবা নচনগী সেংলবা থম্মোয়নুং সুংশি রারোন থম ইবুংগী

মকমদা খংহনজরি। ইবুংনা নংলবু থম্মোয় শেংনা মুংশিবা ওইরবদি তোল্লবী ঐসে ইবুংগী পুন্সিগী……।
অদুগা ইবুংনা গৌহাটিদা লাইব্রেরিক তম্বা চংকনি হায়বদো নচলবু তশেংনা মুংশিবীবা ওইরবদি চৎথিম্ম। নহাক্না চৎখ্রগা তোল্লবী নচলনা মুংশি মৈচাক খাংদুনা লৈবা ঙম-জরোই নচলনা হায়রিবসে য়াবিয়ুকো থম্মোয়গী লন।
(নহাক্কী কৃষ্ণমালা দেবী)।

প্রি;— ভাই ঐ গৌহাটিদা লাইব্রেরিক তম্বা চংলরোই অতগা মরুপ য়েংউ (থাং পুথোক্লুনা) ঐ কৃষ্ণমালাগী মফ দম্মু থাং চিক্লুনা রাশকখ্রবনি ঙশিম্মু রাশক্রি (থাং চিক্লুনা) করি-শুম্বদা কৃষ্ণমালানা ঐবু মুংশি ইপাক্ত ইতোমতা লুমদো-কপিরমলবদি পুন্সি চুপ্পা য়ুম পাল্লোই য়ু থক্লুনা ঐগী পুন্সি লোনগনি (চৎথিবা)

কু :— অরেপ্পা পুকচেল লৈতবা হৌজিক্কী সমাজগী নুপীনি কম-রশিয়েল লভনি কভ নত্তে লাইকনি রাশক কনমল্লি মরুপ থাইনগী থম্বা থোইবিগী যুগ নত্তে ঙাইথোনে মরুপ (মরু কোকপা সাইকন্দু গ্রোং গ্রোং ইন্দুনা প্রিয়োগী তুং ইনথি)

LIGHT

## তশুবা উৎপা

মতম:—সুমিদাংগী ই। মফম—বোরজাওগী ময়ুম। (মতম কয়া-মরুম হৌখ্রে। ব্রোজেন কোম্মোংলোমদগী লাউর লাউরদুনা চেমশিল্লকই। লৌমী ১গী চমলবা কিজেংনি মখুত্তম্ থে'রী লিসাং অমা পায়।

ব্রো':—হায়···· রো···· রো··· রো। কুঞ্জমালা যণসে ইংখোলদা চখে। অমুক্তা থেংলু হো·· হো যণগোন দচ'ংল্লু হো য়'রে য়ারে ঐ পুনগে যনগোন তম্না চেনশিনখি)

বুঃ—যণগোঞলোংদগী তম্না তপনা লাক্তুনা মাঙোলদা থারিবা Chair অতুদ ফমলগা রাখল থল্লি) করিগীনো ঐনা তাংমোচা ব্রোজেনবু নোংমা নোংমগী ঐগী থম্মে ইনা মাবু সুংশিবগী চাং হেনগৎলক্লীবা। অতুগা তম্মো প্রিয়ে'বুনা ঐগী থম্মোয়দগী লাপথোক্লক্লীবা মসি করিগীনো ঐ. সুং ২গী মরক্তা হা ওইরে ঐ অরাবা তারে ঈশ্বর নংনা ঐগী অরাববু কনবীয়। (টেবলদ' খুনিং সোরগা চুবা মেক্তুনা র'খল থল্লি। তম্না অসিদা ব্রোজেন যণগোললোমদগী তপনা লাক্তুন' কুঞ্জমালাগী মিৎ থুম'জল্লি) ও····থ'লেসে থাদোকলো তাম্মোচা সে সেমী নংবো থাদোক্লোমী।

ব্রো:—(থাদোক্লগা কুঞ্জমালাগী মাংদা চ'শিল্লগা ইথৈ) কনাগী রাখল থল্লিবা, চোইজানবা শ'লা'না মাংদত', কোইর ওনবা মীংসনা অনিনা, মালেম নৈদা য়েং, তনৌয়বী সুজাগী থুজেংনা

চুবাদা মেৎ, কনাগী রাখল থল্লিবা।। ( ইশৈ লোইরবদা ) চিন্তা তৌবী ইবেম্মা নঙ্গুং নমারবা কনা কাইনবা য়াওরবগে। কনাগী রাখল থল্লিবনো!

কুঞ্জা :— হৈমা! মতম অশুক কুইনা লৈমীরকপা অসে তাম্মোচা ইশৈ হৈ খংদে তাম্মোদি ইশৈ য়ামনা হৈরিপোংনিনা সিদি অঙুবুরো নংগী রাখল থল্লিবা।

ব্রো :— ( মথুং হায়রগা ) হে নঙ্গে নঙ্গে। নং করিগুম্বদা থেং-নথ্রবরা। পুন্সিগী অরাবা নোংলৈ সুংশিং থেংনদ্রিবা মথোং কারক্লীবি যৌবোনগী নুংঙাইরবা মতম অসিদা লৈশাবী মচা অমনা অরাকমদম্ভু তাদবা মাগী মবুং ১গীস্মক চুবা মেত্না রাখল থল্লি হায়বসি থাজবা য়াবা রারা হ!ঁ উম করে মসি তোকলসি কৈয়েন শারসিরা?

কুঞ্জমালা :— ঙাইখো কৈয়েন্দে কোননা শারসি। তাম্মোচা ঐ ঙসি নংঙোন্দা রা অমা হংগেকো সেংনা খুমমুকো।

ব্রো :— করি রানো হায়রু শেংনা খুমগনি।

কুঞ্জমালা :— অঙুদি করিগুম্বা মতম অমদা নচশনা তাম্মোচাগী মকমদা নতেং অমা নিরবদা নহাক্না ঐগী ইতেং পাংবিগদ্রা?

ব্রোজেন :— উম পাংবিগনি।

কুঞ্জমালা :— থাজদে রাশকউ!

ব্রো :— ঐবু থাজদবা! ( তেবলদগী হৈজ্যাংড্ডু লৌরগা চিকপা ) ঙসি ব্রোজেন ঐমা কুঞ্জমালাগী মকমদা থাংচিক্না রাশক্লি মরমদি ইচল কুঞ্জমালানা মতম অমদা ব্রোজেলদা মতেং নিরবা

কান্দা থরায় থারবস্থু ইচলগী মতেং পাংগনি। থাজত্রিবরা
কুঞ্জা :— থাজরে থাজরে করে অদু ওইরবদি ঐ শিগদবদা নং শিয়্থু য়ারনিকো।
ব্রো :— য়াগনি ঐ রাশকথে। ব্রোজেন অথাপ্পা লৱাইদা পোকলবস্থু অসেংবা মৈতৈ মচানি।
কুঞ্জা :— হোয়নে রাশক্তি কাইরোইত্রা থল্লে। অদো আনে তামোচা ঐথোইগী পুখ্রি মপান্দা তোমাল পাখী অমা হৌবদো মদুগী মখোংরাইদা উরিবৈ পাম্বী ১সু হৌইদনা। অদুগা উরিবৈ অদুমা তোমাল পাম্বিদুদা য়েৎ য়েৎতনা কারিবদো করিগীনো
ব্রা :— অদুবুরো উরি হায়বা জাৎ অসে মনাক্পা হৌবা উপালদা য়েৎপা উরগী হৌনশানি অদুনি থংলরিনিদনা।
কুঞ্জা :— থওইনা থংন থওনা হংজিন্নবনে।
ব্রো :— ঐস্থু নংন হান্না থংলমগনি অদুম থংজিনা ( মতম অসিদা কুমার তুমিন্না কোন্থোংলোমদগী সাইকল মরুকোকপদু ইল্লদুনা চংলকই ব্রোজেন অমসুং কুঞ্জমালাগী রারি তারগা মথুং থত্তুনা কোই প্রিয়েস্থু তুমিন্না চংলকই মখোই অনি লম্বৈল্লে মরুমদা ইমুং মুংঙায়তনা ব্রোজেন অমস্থুং কুঞ্জমালগী মতৌবু য়েংলি )
কুঞ্জা :— অদুগনে তাম্মোচা মীনা হায়নরিবনে মখোয় নিপা হায়বা জাৎ অসে মীপুংশি কয়া থংদে হায়দো, মীগী অরাবস্থু উবিদে হায়দো হিংচা য়াইতম্বগী পুকচেল চেল্লি হায়দো অদুগনে পুকচেনস্থু লেপতে হায়দো।

ব্রো ;— কদায়দগীনোদা নিপা অমনা তৌরগা থুদিংমক ওৌরমগনি থক থাজরুন্নু। অদুগনে নখোহ মুপী হায়বা জাং ঙসে পুকচেল লেপতে হায়রিয়ে। ঈশিংন লৈরু লৈরুবা প ত্রগী মওং লৌবশুম মুপীগী পুকচেলদি ঈশিংগা অমঙনি হায়রিয়ে।

কুঞ্জা :— মে শুম মানি, কাল্লদে মতম লেল্লবা কৈয়েন্দুম শাল্ল'স।

ব্রো :— হে! কৈয়েন শাল্লশুম'স, চুরুট বোড় মৈখেৎ শাল্লশি। নহাকগী কৈয়েন্দা কাখিবা পানজল মঙাদো চুরুৎ বেরি মৈখেৎ, সাল্লবদা হন্তোকচৌ।

কুঞ্জ :— হন্তে'কপিগেনে ঐ চুরুট ওইগে ঙাইহ ক্লদা পানগুল মঙাদো হন্দে কপিগে।

ব্রো : — হন্দে কপদি লাইরদনা অমুক্ত। থোমজিনগদৌরিপোৎনিদা শাল্লরসি।

কুঞ্জা :— অদুবুদি শাল্লরগা থংবা হায়বদুনি শাল্লরশি।

ব্রো :— শাল্লরসি ঐ মৈখেৎনিকে। ( মখো'ক অনি মথুৎ থাই মশিংথি ) চুরুট বেরা মৈখেৎ ঐ তারে নখুৎ তিংথোকউ থুপাক থাবিগে।

কুঞ্জ :— শাউনা কৈ থাজো।

ব্রো :— থাবিগে ? ( কুঞ্জমালানা মখুৎ যেক্ত্ব য়'ম্না চেকশিন্না পাল-হল্লোইদবগী মথাদমুক হাইথ। মথক্তমুক হাইগৎ তৌদুনা লৈ। ব্রো'ল্লেলনা মথুৎ অনিদু তিংগোক্তুনা য়াম্না চেকশিন্না কুঞ্জমালাগী মখুৎতু কননা ফুজিল্লি )

কুঞ্জা :— অয়ো ইমা ( শাওনা ) কৈ থাজো ঐনামুক থাবদা

থংগনিদমা ।

ব্রে :—থংজোদনা অমা অনি অহুম……। ( অহুম্না মিনিট তরুক লোম শান্নরবা মতুংদা ব্রোজেননা প্যাঞ্জল মন্তা কারে)

কুঞ্জা :—( শাওনা ) হন্দকমৃক্তি ঐ তারে মখুং তিংথোকউ থাজিনবীগে ।

ব্রে :— থাজিংজো ঐগী খুৎসে নংগী খুৎত্তুনা হেক ফুজিনবদা পানবা ভমলবদি পাঞ্জিল মন্তাদো কোকচো ।

কুঞ্জা :-- অতুম্না হায়নু সে মখুৎ তিংথোকউ ( ব্রেজেননা মখুৎ যেত্ন পান্দনবা যান্না চেকশিন্না নৈ। কুঞ্জমালানা কম্না ফুজিল্লি পালহোদ্রে মাগী খুপাক অনিত্ন কম্না ফুজিনৈ ) ইস অয়ে ।

ব্রে :— নাবরা নহানগী মন্তাত্নগা ভুসিগী মন্তাত্নগা তরা মুরেদনা । পাঞ্জল ১০ পোবদি লুম্বরা ? তরা পোবী ।

কঞ্জা :— শাউনা অতুম্না হায়নুকো ঐভোন্দা ঐ, সাউইকো ।
( ভাঞ্জা অসিদা বোরজাওবা কোম্ভোংলোমদগী চংলকই সম্বন্নে মথোংদা নৈরিবা প্রিয়ো কুমার ১মুং ব্রোজেন ১দি কুঞ্জমা-লাগী মতোবু থিয়েতর য়েংবজুম য়েংলি )

ব্রো :— শাউনিংলগা শাওজো শাওনিংদ্রগা তোকউ ১০ পো অমুক-অমুক হায়গেসে ১০ পো হৈমা পাঞ্জিল পোরগা মনিত্তা ইরা চেল্লেনেহে হৈমা কপতোরেনেহে ।

কুঞ্জা :— ( শাওনা ) অওইরা । ( থংহোদনা ব্রোজেনগী লুমাংগী শম অত্ন তাপ পায়রগা কম্না চিংই। ব্রোজেন Chair

মথক্তগী মকোক্ক লৈপাক্পা য়ৈশিন্দুনা তুই ) থংব্রা থিজরো

(শাউনা ইমুংদা চংথি )

বোরঃ—(য়েংলম্বদগী) ইয়া কুঞ্জমালা (ফিংনা চেনসিল্লকই প্রিয়ো ১শুং কুমার পাকথা থাকথা সম্বলৈ মরুমদা চেনখি ) ইবুংঙো ব্রোজেন (কোনখংপী )

ব্রোঃ। খুড়া ইবুংঙো (লাইবক্পা থোক্লিবা ঈড্র তৈতেশোক তৈথোক্পা হৌগৎলকই )

বোরঃ (ঈড্র উবদা ) ইস...। অসিদি (চিয়ারদা কমহল্লি হায় কুঞ্জমালা, কুঞ্জমালা থোরকউ থোরক্লবরসে।

কুঞ্জ:—(শাউনা থোরকই) করিগীনো বাবা (ব্রোজেনগী লাইবকী ঈড্র উবদা ) ইস ...! ঈ অসিদি (চপ লেপ্পুনা লৈ )

বোরঃ—(অশোকপুষ্ট রুমান য়েংপিরগা ) নত্তে নংবু ঙাওরবরো হা মী মচা অসিবু নংনা মকোক থুগাইরিবা অসিবু জেল চংগেরা হা। মুপীনা জেল চংহৈদে লৈতবনি।

ব্রোজে :— খুড়া ইবুংঙো চৈবীরুমু শাউবিরুমু সোইহৎবনি জগক্তো শোইদবা লৈতবা হৌনদে। কুঞ্জমালা এ্রী, অরাপ্পা খুজংদগী লাকপনি। করিস্ত খংজদবনি লরাই মচা এ্রবু রারোগমুকো। নথোই ইম্ফালগী হৌনা লোনচৎ এ্রী খংলুদ্রে।

বোর :— ইবুংঙো রারোমু রারোমু। হয়েংদি আ....ব্রোজেন থোয়-গী য়ুমদা চৎকদবনি, মচুদা ব্রোজেনগী মনাও অমদি মচলদা ভাকনি। নংনা ব্রোজেনবু মকোক থুগায় হায়দুনা ইবুংঙো ব্রোজেন খুরা থবক ১তা চৎলুখিগে। (চৎখি)

ব্রোজে :— কনি খুরা ইবুংঙো, কুঞ্জমালা এ্রী হয়েং মতুং মনাও

নংঙোন্দা ফাগি ভোররোই ।ঐদি নখোয়গী য়ুমগী মিনাইনি কৌ পিরগা লৌ উবা য়াওবা লৱাই মচা লৌতাংবনি। মীনাই মচা অমমা মপূ ১ দা করম্বা লমচৎ চৎকনি খংদবদগী ঐগী দশা অশে তাৱিবনি। (মসি হায়রগা মপি তৈথোক্লগা তেবন্দা গুাদুনা লৈ)

কুঞ্জ:—(কপ্না কপ্না ঈশৈ রেডিওগী) "নংবু মীরাইজদে ঐনা ঐবু লাম্না লৌবীগনু....।" (ব্রোজেন কুঞ্জমালাগী ঈশৈদু য়াম্না পুক্লিং মুংশিনা তাবি। ঈশৈ লোইরবদা কুঞ্জমালা চপ লেপ্লুনা ব্রোজেনদা য়েংলি)

ব্রোঃ—কুঞ্জমালা.... ....। নং, ঐগী পুন্সিগী লোইনবী ওইদুনা অরাবা সংসারগী ঈপাক অসে থুংশল্লন লানমীল্লশিকৌ পুন্সিগী অরোইবা মীকুপ ফাওবা।

কুঞ্জ.—তাথোচা নংলবু রারোবীগনুকো। (মথোংদা তুবা)

ব্রোঃ—হোগৎক্ক, কুঞ্জমালা লাও ইমুংদা চংলসি (মথোই অনি থুংশল্লনা চংখি)

# ৪শুবা উৎপা

মতমঃ—নুমিৎ তারমদাই। মকম— লয়ায়গী লৌবুক।

(অঙ্গনক্কো লোক্লবা মতম্নী লৌবুক খুদিংমক্তা ময়ক ময়ক্তা তুমাই ১মুং চংলৈনচিংবা থাউবা ১মুং মৈবা য়াওনরি। ইম্ফাল সহরদগী চাম্লবা চীংনা মাইগৈ অহুম কোইশিনবা লয়াইগী লৌবুক অমদা জিবোল অমসুং জামিনি মচিন মোপ্‌পা লৌ থাওরি)

জিঃ—(লৌ থাউবা লেপ্লগা) আ……মেংউদো জামীনি কুপ্লবা থাঙ্গোল্ল অসিগী ময়ঃ মকুপ মকুপশিং অসিনা লৌ অসে কয়াম য়াম্না থাওজিল্লক্লবনো। অদুবু থাওগদবা ঐখোইনা থাওক্রবদি থাঙ্গোল লিশিং অমা লৈত্রনসু কায়দে কন্না থাওসি।

জামীনিঃ—অত্ত থাউশি তাতোনমচা। অদুবু থরা তপনা থাউশ্লে কন্না থাউবদা থুং লেনখ্‌বদি কমদৌনি।

জিবোল—(ময়ক থক্তুনা) ভায়খো জামীনি আদা মী অহুমথক চীংয়াদা লাক্লিবসি কনা কনানো? অমদি ঐখোয় তামো ত্রোজেন মাস্ত্রা?

জাঃ—ও……মানি ঐখোয় তামোনি। অদুগা অহল নিপা অসিনা ঐখোয় তামোনা লৌ উবা য়াওবা ইমুং অদুগী অহল সিদগ হেক হেক লাকপা থুড়া ইবুংঙো বোরজাওবনি। অদুগা

মুপী লৈশাবী অসিনা খুড়া ইবুংঙোগী মচাগুপী অম লৈ হায়বত্রুনি।

জি:—ও·· ····মানি (কৌবা) তামো খুড়া ইবুংঙোখোয় লৌবুক····।
(বোরজাওবা ব্রোজেন অমম্নুং কুঞ্জমালা লৌরিদা পরেং শানা লাকই। কুঞ্জমালানা খুত্তা খাউ ১ম্নু পায়)

ব্রো:—ও······ইবুংঙো জিবোল ইবেম্মা জামীনি। নখোই অনি লৌ খাওরম্মী। ঐখোয়গী লৌ মুল্লমলে, অঙকপনি মতমগী খোংচৎ মতং খরদং উদবদা ঐখোইগী খুন অসে অমোবা ১গুম তোরে। লাও, জিবোল, জামীন ঙাইহাক পোৎথাখিসি।

জা: তামো, ঐখোই খুড়া ইবুংঙো লৌবুক অসিদা লাকপিরি।

বে:—ইবেম্মা ঐখোয় য়ুমদা চংলুবদা খোয় লৌবুক চৎথি হায়ত্রুনা ঐখোয় লৌবুক অসিদা হেক্ক লাক্রবনি। ইচাগুপীনি কুঞ্জমালা কৌবনি ইচে কৌ শক খংনৌ।

জা:—ইচে ঐখোইগী লরায় অসিদা লাকলপদি করি চানি।

কু:—ইবেম্মা জামীনী, করিবু চাগনি ইচিন ইনাও ইচিন ইপুরা ঐখোই উংবা অত্রুগা লম অসিগী ফজবাশিংসি উবদা ইচে য়ম্ন নুংঙাইরে। সে······অা ইম্ফালদগী নখোয়না চানবা সঙ্গেম মিখাই লৈরকই চাও (পিবা) ইতৈমগী ইবুংঙো জিবোল।

জিবোল:—(ঙক্রা মরৈ লংনা) আ আ ইতৈমা।

কু:—হৈমা শোয়বনিহে ইচেগী ইবুংঙো জিবোল হায়গে তৌবনে।

জিঃ—ঐস্থ সোয়খিবনি ইচে হায়গে তৌবনি।

কুঃ—আ সে সঙ্গোম মীথাই অসে চাও (পিবা)

জিঃ—(লৌবা) ইচে ঐখোয় লল্লায়গী লোমী মচা ঐখোয়গী শিনফমদি অসিনিদো। নোক্লবীগম্বুকো ইচে।

কুঃ—করিগী নোক্লরুগদগে। হোজিক্তি লো উবনা রাজাবে য়েংউ ঐখোয়গী বাবা অসে বি এ পাস তৌরগা লো উয়িবসে। লো উবগী শিনফমবু করিগী ইকাইরুগদগে লোম্থ উদবা কিজেন্তমক মনানবা থবকস্থ স্থনিংদবা শোরোক্তা লমজাওদা কাতু কারন চৎপা অদুগা মীগী মপোৎ হুরানবা অদুবুনে ইকাইগদবনিদা জামীনি নখোয় ঐখোয় ইন্ফালদোমদা য়ুম হোংলসি।

ব্রোঃ—হেরা লল্লাই মগানা ইন্ফাপদা লৈবা হৈনপোৎনত্তেদা

জাঃ—ঐখোইবুদি হৈনরোইদা। তামোদি হৈনখ্রবনিনা ঐখোইগী খুজংবু কাওখ্রবনি।

জিঃ—অদুবুদি জামীনি পিক্লবা নোংলিক কয়ানা চাওরবা সমুদ্রগী ইয়াইদা তিনখ্রগা মাগী হৌরকফম কাওখিবগুম......।

ব্রোঃ—নত্তে নত্তে পোক্লফম লমদমবু কাওবা ওইখোক্তবনি পোক্লফম লমদমবু কাওবা গুম্বা মী অদুদি ইরৈপাক্কী ইজাতিগী য়েক্লবনি। ঐনা ঐগী পোক্লফম লমদমবু মৈতাল্লা রাখিত্রি-কাওবা কাওরোই।

বোরঃ—অদুগা ইবুংঙো ব্রোজেন নখোয় নচীন নমাও নচীন নৌপুরা পুল্লীচৈদা থরানা রা অমা হায়গেকো।

ব্রোজেন:—তাকপিসি খুড়া ইবুংঙো।

বোর:—রা অসে খুরানা হৈপা মাবা তারগদরা। নখোই ইম্ফালোমদ. য়ুম হোংলসিদনা।

ব্রো:—(ঙহাক থল্লগা) খুড়া ইবুংঙোনা তাকপিবসি লাইমক কবনি অদুদা ........। মওং করম্না ?

বোর: মওং হায়ববু খুরানা কনবা পুম্নমক শিনগনি। খুরানা ইম্ফালোমদা নখোইনা উনবা লৌ পিগনি ইংখোল পিগনি। অদুগা লৌ উনা উনা নখোয়বু নহৈ নশিং তমহনগনি। পোকত্তমদনা পোক্লবা মপোক অদো নহৈ নশিং তমদুনা মী ১মম ওইনবা হোৎনহো। নত্তে নখোয়বু লমঅসিদা লৈরগা মী ওইরোই। হায়বগী রা নত্তে খরা চাও-খৎপা মকমদা লৈবনা খর কগদরা হায়বনি।

ব্রো:—খুরা ইবুংঙো ইম্ফালদা য়ুম হোংগৎনিংই অদুবু মুংশিরবা পোক্লকম লমদম অসিবু থাদোক্লুনা........।

বোর:—চুম্মী পোক্লকম লমদমবু মুংশিগদবনি অদুবু ঐখোয় মণিপুর মসানিদনা। ঐনা মতিক চাবা মী অমা ওইরগা পোক্লকম লমদমবু অরাংবা থাক্তা পুখৎকদবনি পোক্লকম লমদ-মবু মুংশিবা মী অদুদি মতিক চাবা মী ওইগদবনি।

কু: ইবেম্মা জামিনী মংবু ইম্ফাল হায়দু লৈনিংব্রো;

জা:—লৈনিংঙিবো ইম্ফাল হায়দো সিনেমাগাসে মুংতিগী তৌই হায়দো দলানগালে রাংনা রাংনা মখোল অনি অহুম সাই হাইদো। ইস ইহে ঐ ইম্ফালদা লৈনিংখেদা।

কুঞ্জ:—ইম্ফালদা লৈরগা লাইরিক তমলুসে। মখোয়গী খুল অসিদা স্কুলককা লৈজবরো!

জা....এল, পী, স্কুল ১দি লৈ। খংদেদা ইচে লাইরিক তম্নিংখেদা।

কুঞ্জ—তমগদবনি ঐখোয়না কনবা পুন্নমক শিমগনি, বাবা! খুনসিদা এম, ই,, ১নে হায়স্কুল অমনে লিংখৎলবদি লমসিগী নহারোন খুদিংমক মহৈ মশিং হৈদুনা রাখল ৈলরক্কুনা জাতিগী মতিক চাবা মী শোইদনা থোরক্'ন।

বো—উম অচুম্বনি ঐস্নু স্কুলদুম লিংখৎশিরা খল্লিবনি অদুগা নুমিৎস্নু তাশিল্লকদোরে রাকমশিং অসি কোম্না খম্নরসি লৌসে খাওদোকসিনে।

জি—এ করিগী খুরা ইবুংঙোখোয়না লৌ খাউগদগে!

কুঞ্জ—ঐ লৌ খাউবা য়াম্না হৈত্রি, তম্বা ওইনা খ উরসে।

জা—থাঙ্গোল অনিশক্কনি।

কুঞ্জ—থাঙ্গোল অহুমথক লৈরকই। (থাঙ্গোল অহুমদু পুংথাক্কুনা মপা ১স্নুং ত্রোজেনদা পি) বাবা খাউরসে। (মখোয় মশামক খাওই)

বো—ইচাশা ইপা ঈশৈ হুমগে নখোয় খুন্মুকো। লৌ খাউনা খাউনা ইশৈ)

লৌ খাউনা........ লৌখাউবা।

(ময়াম খুম্না) লৌবু খাউসি, লৌমীশা, অরা অনা থিগুমসি,
হুমাং নংস্নু সিস্নুজো কৌরৌস্নু মৈশা কনসনু
থাঙ্গোল ময়া অকুপ্পা, লেপ্পা লৈতনা লেনশি,

বোর···লৌখাউবা—······· লৌখাউবা— ।

ময়ামন্থ—লৌনা ইপানি ইংখোলনা ইমানি, নোমসি কন্না লৌমীশা, ইজাতীবু য়োকপদি লৌমীনি পোইন্নু মতম লাক্লগা, ফৌগৈ চোন্না পৈরগা রাবা পুন্বা কোক্কনি, রাদনা মুংঙাইবা লৈ-রোইকো, লৌখাউবা লৌখাউবা

ময়াম খুন্বা (— লৌনা ইপানি, ইংখোলনা ইমানি, মোমসি কন্না লৌমিশা ইজাতিবু য়োকপদি লৌমিনি.পোইন্নু মতম লাক্লগা ফৌগৈ চোননা পৈরগা রাবা পুন্বা কোক্কনি, রাদনা মুংঙাইবা লৈরোইকো লৌখাউবা···লৌখাওবা ।

বোর :— ( ইশৈ লোইবদা ) তো খংহোদনা কৈদোম অসে তুপলে-দো লাউ অসোমগী কৈদোম অসিমন্থ তুপথোকসি ( ময়াম হুমাং তৈথোক তৈথোক্লা বোরচাওবনা মাং খারগা লৌড়িদা পরেং শানা চৎখি। )

*Light*

# ৫শুবা উৎপা

মতম :— মুঙিং চপ য়ুংবা। মকম লম্বী সড়ক। (মুংখিল তাল্লক ওইবনা মী চত্তে, অদুবু কুমার অঙাংবা ড্রেস সুট তৌরগা সাইকল রং অঙাংবা থাবা লুকোকপা অদুগা মোন্দা মুংঙাইনা হুই খোংলদুনা লাকই। তাপ্লা অদুদা প্রিয়ো

রাখল সুংঙায়তনা লুকথরগা লম্বী অমরোমদগী লাকই মথোয় অনি থেংগাইনগে তৌই )

কুমার :— ও হান্নো প্রিন্স ( মথুং শোটক্ল ) ভাই হকচাংগী কয়াৎ পুম্নমক মথো লেপনিংবগী মওং ওইনা তৌরে। হায়-বদি ভাই নং য়াম্না তন্না হৈনিংদনা উরে করিগীনো ?

প্রিয়ো :— মরুপ কুমার গুরুবা নংগী হকচাং অসিদা গুরুবা য়েং-বদা অকিবগী মশক ওইরবা ড্রেস অতুনা লৈতেংশবা মরু-পকা লোয়নবদগী কুঞ্জমালানা য়াদরেনে ভায়া ইবুংগো।
( মমাংদা হেনগৎলি )

কুমার :— ইসে মথা কেক চৎলেনা সিদি গুায়খোনে বনধ ( থৎলি ) মতম থরা কুঞ্জমালানা মরুপতা এলাওদ তৌরব্দি ঐগা তিন্নবদগীনি ঐ চাওখোক্লা হ য়গে।

প্রিয়ো :— এ কয়ল্বা প্রমান মতিক চানা পিয়ু।

কুমার :— পীগে ঐগী গুরুবা বোদি অসিদা ভাংলবা কিঙ্খাল অসে থোনবাদদি ময়ামগী মীৎয়েংদা গুকপগ্য লোইননা য়েংনরে য়েংনক্রা ?

প্রিঃ—য়েংনৈ য়েংনিংবগা লোইননা য়েংনৈ।

কুঃ—তো, ঐগোন্দা য়েংলকপদা ঐগা লোইনরিবা মরুপতবু য়েংলে, মরুপকী কজরবা মাইথোং মমল খাল্লবা কিরোল মীনা উরে সোরানা নোংবালগী মগুন থোগৎপগুম ঐনা মরুপকী মগুন থোগৎপদগী কুঞ্জমালানা য়ারব্দনি।

পিঃ—এ…ভাই নোংবাল হায়বা মুপীনা য়াদবা অতুগা প্রমান

তৌবিরক্নুদা এইতোন্দা।

কুমারঃ— ভাই নংবু নোংবানদোনবু তৌজরবদি কৈনে। নোংবানমুক সুপীনা য়াবা লৈবাক অসিদা লৈবু লৈরমথিরোই সুপ্নী লোম্লিবা অদুমক্কদা মোইরাং ১দি থুমন লৈশাবীনগী চিংবা শৌ কাওবা নোংবানদা লৈজরবদিকো হায়দনা তকসি সোম্লিবা। মাগী হায়ববু থোইবী অদুমতদি য়াদে মপা য়ুবরাজ কাওবদা ৭কী অতোম্বী ওইনবগীদমক্তা নোংবান্দা থাজরিবনি ভাইগা নোংবানগা পাবদি সমুদ্রগা কুসি তামোগী ঈশিংগা পাবগুম্বনি।

প্রিঃ - ভাই মীনদি নোংবানবু সুপীনা য়াবিদবা হায়নৈ।

কুমারঃ— ভাই রামায়ন য়ারি তাবমথৈ তারগা সিতা কনাগী সুপীনো হায়না হংবগুম্বনি, নোংবান্দা সুপীনা য়াদে হায়বা কাংবুসিংদু।

প্রিঃ— ভাইগী য়াভাং অসিনদি নোংবান হেয়ো ওইরক্কদোরি খম্বনা কদোমদা থমগদোরিবা ?

কুমারঃ— ভাই খম্বা হায়দুদি only one থোইবীদনি লৈগে হায়রিবা। অদুমু খম্ববু য়াম্না পাম্নবগী য়া মত্তে, মপা ইবুংঙো য়ুবরাজগী য়াশক থুংনবগীদমক্ত। হৌজিক্কী য়ুগ অসিদা অকাওবা অফাওবা ফিলোজোফর কয়ানা হায়ব'দ এইগুম্বা মীওই কয়ানা থিজিল খোৎচিন্নবা মতুংদা খম্বগা নোংবানগসে কনানা হেয়ো ওইগদগে হায়না য়েৎনরকপদা নোংবান্না হেয়ো ওইরমলে।

প্রিঃ—এ ভাই নংগীসি তাব সুংঙাই হায়থরকউ।

কুমারঃ— হায়থরক্তে। থম্বগা নোংবানগসে ফিরুম থুদিংমক্তা নোংবাম। য়াম্না থিনা হেল্লমলে। নোংবান হায়বসি চহি ৭ মুক্তাদা মনম লৈপাক ভারত্তিবনি। অদুগা থম্বদা য়াবা মুপীনা only two সুপ্পগী খনিথক কনা কনা সোনো চূবী সেমু ১ম্ভুং থোইচৎ য়াংচৎনবী লমকেৎ লমহাইবী মমা মপানা হায়বা ইন্দবী থোইবী মুপী অনি অসে থম্বদা য়াই তো ইলেক্সন মতমদা ভোৎ মশিং থিনবদা নোংবামমা হেল্লে হায়বদি মুপী য়াম্না য়াবা নোংবাম। অদুনা নোংবাননা হেরো ওইকম থোকমালেনে ভাইয়া। (মতম অসিদা লাপ্পা কুঞ্জমালা সাইকল তোংলদুনা লাকই)

প্রিঃ···· ভাই ঐদিনে মীনা থম্বনি হেরোনি হায়নরিাপোৎনি

কুমারঃ—ভাই হৌজিক কান্দা মীনা মসি পাথং অসে থম্বাগুম্বনি হায়নবা পাথং অদো হিংলুবগী কাম্রেহে ভাই।

প্রিয়োঃ—করম্না ভাই মরম পিয়ু।

কুমারঃ— পিদবদি মরমদি হৌজিক্তা থম্বগা প্রমান তৌনরবা পাথং অদুদি কবিবু খংনরবগে হায়বদা মপাঙ্গলদি নমখিগৈ কল্লবা অদুগা মমা মপাদি লৈত্রবা মথিবোংস্ত হৌজিক হৌজিক্তা চানিংঙাই লৈতবা চাকনি ফিনিবা মোৎতাই সুতাইনবা, অদুগা হৌজিক্তা থোইবীগুম্বা মুপীম্ম লৈত্রবনিনা মুপীনা য়াবিদবা মতু খিবা খংদবা পাথং শরি অদুবু থম্বগা প্রমান তৌনবমি ভাই। অদুগা মীমা মসি পাথংসি নোংবামগুম্বনি হায়-নরবদি করিবু খংনবগে হায়বদ ইনাকস্থ খুনবা, লাইরিকস্থ

হৈবা মশকনু কজবা মুপীনমু য়াবা শাগৈ জাংনু কবা অতু-
ওম্বা পাবং অতুবু নোংবানগী প্রমান তৌবনে ভাই।

প্রিয়োঃ— এ···· ভাই নং ইথা থাজদনা হৈহে।

কুমার ঃ— হৈতদি মী Worldগী Famous ফিলোজোফরনে।

(তাঞ্জা অসিমক্কা তুংলোমদগী কুঞ্জমালানা মন্দিলা খিংবা
প্রিয়ো, কুমার থংগ্রেক থংই কুমার সাইকন্দু থংথা থাদো-
কই গ্রোং ইরেন তুখি)

করিনো ফৈয়ার ব্রিগেৎকী ইমারজেনসি কেসমক্তি নত্তেদনা
(থরাই কৌশিনবা) হে থরাই মণ্ডামক কুমারগী মীগা থাগা
তরুকমক লা'···লা কুক····কুক···কুক।

কুঞ্জঃ— (গাড়ীদগী কুমথরগা) করিগো মন্দিলাম্ব খিংজখ্রে
থৈদোকপিয়ো সে লম্বী থাদোকউ।

(কুমার গাড়ি হুগৎলগা তেক কাইবা য়াম্না মুম্না ম্লেংলি)

প্রিয়োঃ— কুঞ্জমালা নংগী অরেপ্পা রা অমা হায়ত্রিমথৈ লম্বী
থারোই ওসিদি মুম্না থল্লগা অরেপ্পা অমা।

কুঞ্জাঃ— য়াবিদ্রে, কোক তোকও লোইরে সে চৎকে।

প্রিয়ো ঃ— ঙায়খো মতম অম্তুক মাংনা ঐনা নংগীদমক্কা ···অতগা
মমাংঙৈগী রাশক নিংশিংবিদুনা ঐগী পুক্সি মাংহলবীগনু।

কুঞ্জা ঃ— অ··· মমাংঙৈগীতুরো খোংথাল কাল্লগা কোকপনি।
অদোম্না ঐবু পোকমীন্নবী নচল ১নি থনবীদুনা পুকচেল
চাওথোকপিয়ো। কমরভেল লতা করিগী পুক্সি মাংহল্লগদগে
থাইনগী মোইরাং পর্ববগী যুগ নত্তরে। (লোকমাই প্সানবীগী

সিংজুদগী হেন্না হোংলবা মুপীগী মুগনে, করিনো।

প্রিয়ো:— অদুগা কুঞ্জমালা ঐদি রাশক কৈদৌনুংদা হোংগদবা লৈতে। অদুনা মুন্না থল্লগা ঐগী পুন্সি কল্লু।

কুঞ্জা:— করিনো রা রাম্বা ঙাংদনা কান্নদে ঐগী পুকচেল মু গুম্না কনথে, থোংল্লু য়াররোই। মুংশিববু হোংদোক হোংজিল য়ারবা সমাজ অসিদা মুংশিবা হোংবদা করিগী অতুক কিরি নিপামচানিকো নংসে য়াবীড্রংকুদা!

প্রিয়ো:— (শাউম) লৈবু লৈমীন্নরবদি হোদোংদম্না মুশিরকই হায়বা-গুম। কৌ পিদুনা লৌ উবা য়াওবা লৌতাংবা লরাই মচা ব্রোজেমদা মুংশিরুরে নত্রা?

কুঞ্জা:— তুমিন লৈয়ু লমদবু লরাই ইন্ফাল থাইবনি মীদদি থাইদবনি। নং অসে ইন্ফালদা লৈজরবম্না লারাই খম থেংই লরাই মচা লৌতাংবা ওইরবস্থ মংদগী হেনবা নবুং-ঙোনি খংঙ্গো ইবুং ইপু কনা লৈতবনিনা মহাক অদুনা রুমবুরেন ওইগদৌরিবনি খংলবরা (সাইকল তোংলদুনা থৈদুনা চৎথি)

প্রিয়ো:— মুপি, মসি মুপিনিকো। লিন্দবু মরৈ অনি লোংবনি মচিন ১ডনা মরৈ ২ থৎপা লিন অমোম্নি নংদি। ঐনা হৌথিবা চহিদা মীরৈপাক্কা লাইরিক তপা চৎকদবা কাওবা মহাক্কা চৎথিমু হায়দুনা নম্নুংলাংগী চৎত্তে। ঐগী পুন্সবু য়াংহলবা। মুংশিবনু সান্নাপোৎ কুন্না থনবা মুপী মতম ১দা নংগী থম্মোয়দা তানা থিনৎগুম, নং মুংশি মৈচাক

কংলকখিগনি। শিরবম্ন শিখিগে নংবু চীংদুনা নোংমতং ওইরবস্থ লোৗমগে। ( মুংঙাইতনা চৎখি )

কুমার :— সিনিদো হৌজিক কালগী মুপী ওন্না ওন্না লৈবী লৈরাং মুমিংলৈগা চপ্ মান্নরবনে। অহানবদা মরুপ প্রিয়োদা পং তৎথৈ ম্নারম্মী। হৌজিক্না লোউঁবা ব্রোজেনদা পং তৎনখে। মতুংদা কনাগম্নক, মফুদি খংদ্রে। পাখং মশেল ফুনদুনা কোক কাইনরিবসে লৈশাবীনশি। সি থোকনি খংদনা ঐ মুপী কোইজ্রবনি। ( গাড়া লুকোকপদু তোংলদুনা থোখি )

*Light*

# ৬শুবা উৎপা

মতম—মুমিদাংরাই। মফম—কা অমা।

( ব্রোজেনখোয়গী ইমুং ইম্ফালদা হোংগৎলক্লে। বোয়াজাওবখোয়গী য়ুমগী Reading Room অমদনি। জিবোল থাউমৈ ১গা লাইরিক থরগা লোইননা কা অদুদা চংলকই )

জিবোল :— ( কৌবা ) জামীনি জামীনি ( লাইরিকতু ভেবলদা থম্মী )

জামানি :— ( মমুংদগী ) ও.... লাক্লে লাক্লে ( চেম্মোয়কই লাইরিক

থাউ অমগা ) ইচে কুঞ্জমালা চাক থোংহৌরিএ। লোইহৌদোরে ( তেবলদা লাইরিক থম্মী )

জিবোল :—জামীনি নং ঐখোয়গী খুঙ্গংদো সুংশিব্রা ? ঐদি ঐখোয়গী খুঙ্গংদুদা চৎনীংবনা। নংদি চৎনিংব্রা ?

জামীনি :— তাতোলমচা ঐসু ঐখোয়গী লরায়গী য়ুমদা চৎনিংবনা। তাতোলমচা ঐদি ঐখোয়গী লমদো পংসুংদা সুংশিরকএ। অদুগনে তাতোলমচা থুড়া ইবুংঙোনা ঐখোয়গী খুঙ্গংদা লিংখৎপীবা জুনিয়ার হায়স্কুল অদুদা ঐখোয়গী খুঙ্গংগী নহারোল লোইনমক লাইরিক তম্মে হায়দো।

জিবোল :— ইখোয়না ইস্ফালদা লৈরকপসে চহি অনিরোম কারক্লেদনা চহি অনিগী মমাংগী কিবমদো নক্রে ঐখোয়গী খুঙ্গংদা স্কুল লিংখৎপদগী চাওখৎপগী লম্বীদা নোংমা নোংমগী চংশিল্লয়রবনি।

জামীনি :— ঊম, অদুগনে তাতোলমচা, ঐখোয়গী ইমায়বী মালিকা মালেতি, থরোশংবীথোয় ক্লাস থ্রি তমলে হায়দো। সুংশিদা ইমায়বিশিংদো। লাইথি শায়বা লৌবুক্তা তাসাং মচা কাবা। ইস....মতমদো লাক্রোইকো অমুক।

জিবোল :— হায়, জামীনি নং পাড়া কায়বরা ?

জামীনি :— থংক্রে তাতোলমচা হয়েং স্কুলগী শৈরেং ১সুং দিবেং কমপিটিসনগী শৈরেংবু ঔরাইগদরা দিবেৎপু তমগদরা, পাড়াবু পাগদরা মকম মরাং থংক্রে।

কুসুমমালা :—(কা অদুদা চংলকই) নখোয় অনি লাইরিক ওঁরাইদবা শৈরেং খিবগী মরমদা খঙদুনা লৈরবরো ?

জিবোল :— ইচে হয়েং দিবেত্তা ঙাংগদবা রাঙাং ১মুং শৈরেং থিবগী আর্ট এর্ক্টিং খরা তম্বীয়ু ।

কৃষ্ণ :···· করে ঙসিদি পাড়া ক্লৌয়মুসি, রিসাইতিসন থিবগী মওং ১মুং দিবেৎ ঙাংবগী রাঙাং নৈনমরসি । অা নখোয় অনিবো নখোয় তামোনা ইবিবা শৈরেংশিংদু চিনকাবু পূজরবরনে ?

মখোয় অনি :— পুজরে ইচে ।

কৃষ্ণ ;— অদুদি শৈরেং থিবগী আর্ট এর্ক্টিংস্থু ঐনা নহান তম্বী-খে দনা— । ইরিব Writer কবি অদুনা কোংদোক্লীংদু থোম্লেক অমমুং এর্ক্টিংনা করনা কোংদোকনি অদুদি জিবোল নং হায়া থিরো য়েংগে ?

জিবোল :— অদুদি ইচে চৌক্রি অসে ষ্টেজ ওইহল্লসি (চৌক্রি মথক্তা কাথংলি) ঙসি ঐনা থিজগদৌরিবা শৈরেং অসিগী মমী দি "অহিংগী লৈচিল" হায়না কৌই । হায়রিবা শৈরেং অসি ঐখোয়গী তামো ব্রোজেননা ইবীবনি ।
( শৈরেং থিবা ) ।

ইচিক হুনবা অহিংদা, তাংলো লৈনা থেংলবা,
তাইবং য়াংবা খমথ্বা, মপুং ফারবা থাজনা,
নোংদোল থক্তা লৈতেংবা, ইঙৌ ঙৌবা লৈচিলমা,
নোংদোল থাজগী মনাক্তা, মপৈ মপৈ পাইরিবা,
অহিংগী লৈচিল মপৈশিং, করি লমদম তমলিবা ।

অচিকপদা ফম্বা কবিনা, মীৎকম হোংবা গুমদরে,
য়েংলা য়েংলা মাল্লক্কে, শামু ময়াম চৎপগুম,
শগোল সঙ্গ চোংবগুম, উরোক মপৈ পাইবগুম,
অৱাংবদা পাইরিবা লৈচিল, শক্লোল কয়া পুরিবা,
করি যাদু হৈবনো, তায়রম্মু চানবীদুনা ঐক্তোন্দা,
অহিংগী লৈচিল মপৈশিং, করিলমদম তমলিবা ?
থাজনা লৈবা মাইকৈদা, মপৈ মপৈ পাইশিন্দুনা,
নোরবী ইংলবী থাজবু, করিগী লোত্তুনা থমলিবা,
নখোয়গী নতৌ উবদা, ইয়াইদা শাৎপী থরোনা,
চীংস্কুংদা থোংবী নোংইমা, পাইথোকখ্রো প্যাইথোকখ্রো
হায়দুনা,
মাংলংদা তোইনা পাগুজেল্লি, অহিংগী লৈচিল মপৈশি
করি লমদম তমলিবা। পম্বুংকম থদনা পাইরিহা,
য়োলিংবা মকম য়োল্লিবা, নখোয়গী নতৌ উরগা,
ঐস্নু লৈচিল ওৱিংলে, মপোক লাংওল অমদা
লৈচিল ওইনা পোক্কুনা, নখোইগী নরক্কা তিনজগে,
অহিংগী লৈচিল মপৈশিং, করি লমদম তমলিবা,
জয় হিন্দ।

( চৌক্রিদগী কুমথৈ )

কুঞ্জা :— ও। ফজরে, ফজরে ইনাওদি শৈরেং খিবা য়াম্না হৈরে
ফার্সকা তবা য়ারে। অদুগা জামীনি লাকও নং মুক

জামীনি ঃ— ইচে ঐদি হৈতেকো (চৌক্রিদা কাথৎলগা) ঐনা ভসি ।থজগদৌরিবা শৈরেং অসিগী মমীংদি "ঐখোয় স্কুলগী কবীরৈ" হায়না কৌই। শৈরেং অসি ঐখোয় তামো ব্রেজেমনা ইবীবনি।

ঐখোয় স্কুলগী মমাংদা, চৎলিবা লম্বীগীদি চিনাইদা,
থব্রাংমা হৌরিবা কবীরৈ, কজরবী পাম্বী অমিসে,
য়েংবগী পেনবা নাইদেদ', ওস্থোরুস্থ পুন্নীং স্নমহৎলিদ',
শোয়ৈ অউবা মীশিংমা, ঐখোয় স্কুলগী কবীরৈ।
থাবলনা ইপোম হৌরবা, ইচিক হুনবা অহিংদা;
মালংনা লিরি হুম্বদা, ফুগাইনা শাৎলিবী কবীরৈ,
অঙাংবা লৈরাং চরোংশিং, মালং তাম্না লোইননা,
হাইনা জগোই শারিবা, অচিকপদা ফম্না কবিগী,
রাখল লংল ওইরিবী, ঐখোয় স্কুলগী কবিরৈ।
হে, কালগী নহারোল অঙাওবা, লম্বীদা চুম্না চম্ববা,
পোমলিবী লৈরাং কবীরৈ, মরম ইরৈ লৈতবা,
পৎ হেক মথৎপা, মশা হেক থুদেকপা,
মথোয়না ওৎপা নৈবনা, লৈরাং কবিরৈ পাম্বীনিসে,
রাতাংরে অচিকপদা অহিংদা, কংলসি কংলসি হায়নরে.
ঐখোয় স্কুলগী কবিরৈ, কংখিম্নুকো ইতা শক্নবী,
মীন ওৎপা পুন্নমক, লৈপাকুম্না অথাং কন,
চীংগুম্না থম্মোয় কন, অদুম্না তৌরবদি কবিরৈ.
মীংচৎকী উরোং লৈগনি, কালেনগী শারবা সুংশাদা;

ছাত্রী এখোয় পুম্নমা, নহাক্কী মরুমদা কমছুনা,
হকচিক লাংবা ওইজগে, কংখিনুকো ইতা শরুবী,
এখোয় স্কুলগী কবীরৈ। জয় হিন্দ।

( চৌক্রিদগী কুমথৈ )

কুঞ্জা :— ও ইমাও মুপীদ শৈরেং খিবা য়াম্না হৈদনা, কার্স তাদোরি, অতুগা নখোয় তামো ব্রোজেনসে কবি ওইদোরি শৈরেং ইবা য়াম্না হৈখ্রে, এগীম্ভু অমতা ইবীম্ভু হায়ববু য়াবীরক্রা থদে।

জামীনি :— কৈদো য়াদদগে ইচেগা তামোগদি য়াম্না চাম্নবদাইমে ( অথাপ্পদা লিলা হৌবগী থোক্সেল ) তাতোলমচা লিলা হৌখ্রে চৎসি।

জিবোল :— চৎসি ইচে লিলা য়েংবসিবু কবরনে ?

কুঞ্জা :—কৈ লিলা য়েংগদবনি, লিলা হায়বসি সমাজগী চাওরবা মীংশেলনি মীংশেলদা মুম্না য়েংলগা হকচাংগী অমোৎপা মক্কমশিংদু তরু তহেম্না থমগদবনি।

জামীনিঃ— অদুদি তাতোলমচা ইচে চৎলে। ( মখোয় অনি কা অদুদগী মপাল থোকখি )

ব্রোজেন :— ( কা অদুদা চংলকই ) অঙাংশিং লাইরিক তাকপা তন্দুনা লিলা য়েংবা থানোকখ্রবে।

কুঞ্জা :— নত্তে, অঙাংশিংদু লৈমবদি নংগা এগা মুংশি মুংওলগী রারি শাবদা য়াররোই হায়দনা লিলা য়েংবা চৎহনখ্রবনিমে মুংশিবা।

ব্রোজেন :— বা…বা…. তনৌরবী নুজাগী কোকিলগী সুবদগী হেন্না নিংথিরবী তাম্ন মানবী নপাওখোল তাবদা পাখংগী পাইমা পুক্লীং সুংওন্দবা শুমদেহে থম্মোয়গী চেক্লা আশাগী মরুপ।

কৃষ্ণ :— এ…এ…. হাইথরকখো. হাইথরকখো

ব্রোজেন :— হায়থখিবি, তংগো লৈনা থেংলবা থাবলনা ইপোম হোরগা, ইচিক চুনবী অহিংদা, শোংলবা বনগী মনুংদা, তাল উশাগী পামেলদা নোংইল কোবী চেক্লানা থাজবু কংল-রোই খনবদা থম্মোই কাংন পিরাং শিস্থা থাজবু য়েংচুনা কপচবা অদুগুম্বদনা, নুজাবু পাখনা সুংশঙরুবা মোংইল-গুম্না তারগদরনে থম্মোয়গী বীণাবায়।

কৃষ্ণঃ— ( মোংোন নোক্কুনা ) ও….কবি. মহা কবি ওইদৌরিনা সিদ ঐনিস্থ শৈরেং অমতা ইবিয় তাঘোগা।

ব্রোজেন:— নমাই তেক্কনি তুমিল লৈয়ূ নথোয় বাবুসে য়াম্না কৈ ঐবু অহ'নবদা নখোয়দা লৌউবা য়াওহল্লে অদুদগী লৌ উনা উনা লাইরিক তাহল্লে অসিদসু নত্তনা ইনাও অমদি ইচলবুস্থ নখোয় ইক্কালদ' লৈহন্দুনা লাইরিক তমহল্লে, ষণ পীংনা ,লৌ পিদুনা লৌস্থ উহল্লে। অদুগা চাওখত্তবা ঐখোয়গী লয়াই থুন্দুদসু স্কূল লিংখক্কুনা লাইরিক তম-লমদবা মহারোল ১০০, ১০০ লাইরিক হৈরে অমতদগী হেন্না থুমলবা রারিশি তাবদা পাইমা পুক্লীং সুংওল্লা হে শকহেনবী।

কুঞ্জাঃ— মুংওল্লে শকহেনবা, অত্রুগা ঐখোয় বাবাসে জাৎ অমনে থুঙ্গং থুঙ্গং লৱাই লৱাই থুদিংদা স্কুল লিংখৎনবা অমদি থুঙ্গংবু চাওখৎনবা হোৎনবদা। মাগী পুন্সিগী শিনক্কম ওইরবনে। মেংউদো তামোচা ঐখোয় বাবাসে বি. এ. পাস্ তৌরগা ইচম চম্বা লৌমী অমগুম্বা লো উরিবসে। ঐখোয় ইম্ফাল লৈকাইসে বাবাগী মতো অমত্তুন লাইরিক হৈবা মী য়াম্না লৌ উনরেদো তাবীরিবয়ো খ্বাংজংবা।

ব্রোজেনঃ— তাজরিএ থম্মোয়গী লৈবাং অত্রুগনে কুঞ্জমালা নখোয় বাবাবু শকখংদবা ১দি নুংশিদবা মী মণিপুরদা থরা তাংনা থোকই এম, পি,গা লেপ্লগদি কাদোরিবা জাৎনি।

( বোরজাওবা হিদাককু অমা থক্লগা কা অত্তুদা চংলকই )

বোর :— অহম জা ইবুংঙো, ব্রোজেন।

ব্রোজেন:— করি তাকপিগদবা খুড়া ইবুংঙো ;

বোর : — ওস্থোক্না মথোং চাথিদ্রে। নখোয়গী থুন্দা লিংখৎপা জুনিয়ার হায়স্কুল অদো ওঝা অমদি তলব য়ামদে হায়ত্তুনা তোকখ্রেনে অদো নং পরিক্ষায় লোইরবদিনা অরাৎপা ওঝাতুগী মতুং শিনবা ওইনা পরিক্ষা হায়দোকত্রিবা ফাওবা ওইরুগেরা হায়বা।

ব্রোজেন:— খুড়া ইবুংঙো ঐ মতিক চায়োইদা।

বোরঃ— করিগী চাদদগে চামল্লবনি। সবজেক থুদিংমক লেটা চৎলিবা ক্লাস তেনগী রোল নম্বর য়াম্নবো। অদো নং চৎকে হায়বরো ?

ব্রোজেনঃ— খুড়া ইবুংঙোনা ফজি হায়রবদি চৎচগে।

খোর:— ফরে ফরে অদুদি হয়েংমক চৎনবা শেম শারো। থা অমা অনিদনিদা। ( মপাল খোকখি )

কুঞ্জা :— ওহোক্লা নু শিদেদা তলব যামদে হায়না চৎখিবা ওঝাদু। নং কৈদৌ চৎকে য়াবিনো।

ব্রোজেন :— য়ারুয়ে অদো। ঐদি হয়েং চৎপা তারে। নংগা ঐগা কায়নবা তারেদো। অদুগা কুঞ্জমালা ঐ ওসি নংঙোন্দা রা অমা হায়গে নখোয় পুপী হায়বা জাৎ অসে পুকচেল য়াম্না থেল্লি হায়। মুংশিবহু খোক কাওখোকপা ওম্মী হায় অদুগা মংনা ঐবু করিগুম্বদা মুংশি ইপাক্পা ইতোমতা হুজেকপিরম্লবাদ ঐদ নীরৈপাক্পা চৎখিগনি থাজবরা ?

কুঞ্জা :— থাজরেহে। নংনদি ঐবু করিমতা মুংশিদবা জাৎনি ঐনতা ( পেরি পেরি ) হিক …হিক…. ( কপ্প )

ব্রোজেন :- ( মপি তৈথোকপিরগা ) কপকনু কুঞ্জমালা মতম চুপ্পদা ঐদি নংবুদা থন্দুনা লৈরিবনি। যেংউ নংনা ঐবু থাজব্রবসু ( থাং পুখোরক্লুনা চিকপা ) থাং ১মি খোংনাওদা উরিবা লৈচিল্লক্পা পূর্ণিমানা কেকু লোৎপি শাম্নরিবা ওসিগী পুণিমা অসিনা শাক্ষি ওইসনু নংবু ঐনা থাদোক্লোই অদুগা নং লোত্রবদি মনিপুরদা লৈরোই থাজব্রিবরা ?

কুঞ্জা :— ঐসু ( ব্রোজেনদগী থাংদু লৌরগা ) থোংমাওদা উরিবা লৈচিল্লক্পা পুর্ণিমানা কেকু লোৎপী শাম্নরিবা ওসিগী পুণিমা অমদি থাং অসিনা শাক্ষি ওইসনু। ঐনা নংবু কাওরবদি

অমদি অতোপ্পা অমদা য়ুম হৈক পাল্লবদি ঙন্থানা লুখ্রা ওইগে।

ব্রোজেন :— কুঞ্জমালা মং ঐবু থাদোকপুকো।

কুঞ্জা :— তামোচা ঙসিগী অহিংসে কাওনদনবা সে খুদোপ অসে (ওইগী খুনিংথোদা শিবিরগা) তোল্লবী। নচল্লি খনবীয়ুকো।

ব্রোজেন :— ঙসি নহাক্কী সনাগী খুদোপ অসে ইবুংবা পুন্সিগী কাওরোই। অদুবু লাইরবা ইবুংগীদি কম্লি খুদোল পীগনি।

কুঞ্জা :— নহাক্কা ঐবু শুংশিল্লিরবদি হয়েং শৈবেং কমপিটিসন্দা থিননবা কবিতা অমতা ইবীরম্মু। কবিতা অদু নহাকমক্কী খঞ্জগে।

ব্রোজেন :— কুঞ্জমালা (অসি হায়রগা চৌক্রিগা কমথখ্রে) চে কলম পুথোক্লুনা কুঞ্জমালাদমক য়েং থোংনাওদা অমুক য়েং তৌদুনা ঙাইহাক লৈরুরগা খোরি খোংপগুম চেদা খ্রা খ্রা খোংখ্রে। কুঞ্জমালা কক্লাংদা ঙাদুনা ব্রোজেনগা ইরিবদু য়েংলি অমুম্মা মিনিট ১০ মুক ইরবা মতুংদা, লোইরে, পারক্লে তাও।

কুঞ্জা :— পাবীরোনে ঐদি কজরমদ্রবদি য়ারোইদোবনি।

ব্রোজেন:— য়াদ্রগা তোকউ, "লৈচিল্লক্পা পুনিমা" শৈরেং অসিগী মমীংনিকো। (পাবা)

লৈচিলক্পা পুনিমানা, কেকু লোৎপি শাল্লিসে
য়েংউনে নংবু উবরা ঃ ইচিক চিক্লে মালেমসে
য়েংখি য়েংখি খুদিংদা তুমিন তুমিন লৈখ্রে

উপাল য়াপাল পুন্নমক থাজগী মঙাল্লা লৈতেংলে
মালেম শিনবা থুংনবু অহিং লিক্লা তারক্লে ॥
চীংসুংগী হরি য়াকাইরে লোক্লুংগী তম্না খোংলক্লে
নোংইন কোৱী চেক্লানা লোইবী চীংগী চীজাওদা
তাদা পামেলগী উশাদা থাজবু কংলরোই খনবদা
খম্মোয় কাইনা তেংথারক্লে অঙোবা লৈচিল্লক্কা পুর্ণিমা
কেকু লোংপী শান্নরিসে য়েংউনে নংবু উবরা ?
ইয়াইদা শাংপী থরোনা থাজবু য়েংদুনা মোকচরি
অহিংগী লৈয়াং থাবল্লে থাবলগী ইপোম মরক্তা
হাইনা জগোই শারক্লে শাউ জগোয় থরো
নোকউ লৈরাং থাবল্লে অহিং অসিমতা মঙাইরে
ইমু' শোরা তৈরগা লৈয়াং পুন্সিনি এখোয়মু
কাওবরনে থরো থাবল্লে নখোয়গুম্না পুন্সি লোইগনি
লৈচিল্লক্কা পুর্ণিমা কেকু লোংপী শান্নরিসে
য়েংউনে নংবু উবরা ( পাবা লোইরবদ)
য়ানিংদবরা ?

কৃষ্ণঃ— ( লোরগা ) ফজরে ফজরে মহা কবি ।

ব্রোজেনঃ— কবিগা হায়গমু ( মখোয় অনি য়েংনদুনা লৈ )

# ৭শুবা উংপা

মতম—সুংখিল          মফম—লম্বী

প্রিয়ো :— (লম্বী অসিদা লাকই) ভাই মরুপ কুমার। কৃষ্ণমালা· সিবু করম্বা লোনবা হোৎনসিগে। নঙগী করম্বা জ্ঞান পুথোরউ (হন্না য়েংবদা) আই কদায় চৎথরে লাক্লোনে নঙবো।

কুমার :— (মরু কোকপা গাড়ীদু ইন্থোরকই) গাড়ী চেন তাবা শেমলুরিবা ভাই ঐ য়াওদ্রিঙৈদা করি করি ৱারি নতোমতা শাখরে। অমুক হন্না শারকউ।

প্রিয়ো :— কুঞ্জমালাবু করম্বা উপায়না ঐগী ওইগদগে।

কুমার :— হে হে লাইথে্না কুঞ্জমালা কৌবী উরিগী মনাক্তা হৌরম্বা উপাল ব্রোজেনস্থ আ লরাইদা ওঝা ওইবা চৎখিবা খা অনি ফারে। য়েৎপিনবা লৈত্রে। নোংমা তুরেন্সদা কুমলকপদা জিপ অমা হাথার তৌরগা চিংলগা লোইরেদনা পেনামুক লাইবা অদিবো।

প্রিয়ো :—কয়াদ৷ ফজরবা পোলিসিনো ৱাথল লৈবা মরুপ।

কুমার :— হাওনে, অদো খ্বাইদগী লুবা অমনা উরিপোক্কগী প্রেফেসার জয়চন্দ্রনা কুঞ্জমালাবু টিউসন তৌবিরগা সুংশি-নথোকথে্র অচুগা চেনগদৌরে হায়বা পাও ১সু জ্ঞাবগুম তৌরিনে।

প্রিয়ো :— অচুম্বনিনে, আদা ঙসি নত্রগা হয়েং হেক্তা থবকসে খোক্লবা হোৎনরসিনে। করিনো হৌজিক্কী যুগ অসিবো অহেনবা পাম্বনা সুপীশিংগী চৎনবী ওইখ্রে Love লৈরে Lier ওাক্তা ওাইরে, যুগ অসে সত্তি মাঙখরে।

কুমার ;— ভাই ভেসপা অঙৌবা ভোংলগা লাক্লে হেরো জয়চন্দ্র।

প্রিয়োঃ— ভাই প্রোফেসার জয়চন্দ্রসে ফুসিদো, ভাই নঙগী সাইকলসে লম্বী ময়াইদা তুহল্লু। ভাইনা অসোমগী মরুমদা ঐনা সিদা। ঐনা রারি শারিঙৈদা ভাইনা তুং-লোমদগী পোপ....।

কুমারঃ— নোংমা ঐঙোন্দা গাড়িনা ভকপগী লমন ( গ ড়িহু সরক ময়াইদা তুহল্লগা নারক্তা লোৎখি )

প্রিয়োঃ— ও....ওঝা জয়চন্দ্র 'সোমদা অমুক্তা।

জয়চন্দ্রঃ— করিনো লম্বী ময়াইদা তৌরিবা অসিবো।

প্রিয়ো:— নখো লৈবয়া। কুঞ্জমালা অসে ঐনা কোয়রিবমক্তদা অদোমনা হেক্তা কোশিল্লক্লিইবা অদুবু নকোক্তু, তুম্বা থুগাই'দোনা য়ৈথাইয়ুর।

জয়ঃ— কৃষ্ণ ...কৃষ্ণ — খোন্দা অসিদি মঙশনে!

প্রিয়োঃ— হে নখোয় নপাগী নমঙলা, বুদ্ধ অপঙংবা। ( মঙেম অসিদা কুমার সুং অমা পায়রগ জয়চন্দ্রবী তুংদা লেপ্লরে ) নিপা অমনা সুপী অমা কোয়রি থঙনা থঙনা কোয়শিল্লক্লবদি নকোক বেশোন ভাই হায়বদু থঙজরো। খিল্লসু মরুপ

( খঙচোঁদনা কুমারনা জয়চন্দ্রগী কোক্তা পুংনা থুই, জয়চন্দ্র ভুখি

কুমার:— কমদোই ঐবু গাড়িনা তকথিবদুগী লমন শিংলেদো।

প্রিয়োঃ— হে লাইরিক হৈবা ইবুংঙো, মতুংদা কুঞ্জমালাবু মমন্ত কাওবা নিংলুরগু। ঙসিদি হিংলে মতুংদদি শিরে খঙউ মরুপ মী লাক্লে ( মখোয় অনি চেংথি কুমারনা গাড়ী ইনথি )

জয়:— ( অরাব খোক্লেলমা ) নাইতোম চাবা কৈনা চায়, চুমই মুপীগীদমক্তা কোক কাইরবা )

কুঞ্জমালাঃ— ( সাইকল তোংলগা লাকই কুমথরগা ) ওঝা....ওঝা ও ..ঈ অসিদি ( কোমথংপী অনাবা মকমড় রুমাল্লা য়েংপা,

জয়ঃ— রাখল লৈতবা প্রিয়াকুমার, মখোয় ছাত্রনিকো ঃ

কুঞ্জ:— ওঝা, কয়াম নামা শোক্লবগে। মখোয়বু পুলিসনা মতিক চানা রারকহনসি।

জয়:— কুঞ্জমালা, ঐবু ভেসপা মনাক কাওবা শম্মু।

কুঞ্জ: ওঝা.... ( কুঞ্জমালানা শমহুনা ভেসপা মনাক্তা লাল্লী )

*Light*

## ৮-শুবা ডৈংপা

মতম—সুমিদং অথেংবা।   মফম—কুঞ্জমালাগী কা।

(কা অসিদা জামীনি লাইরিক পারি। তুমমিংলদুনা টেবলদা ভাথদুনা লৈ)

কুঞ্জ:—(চংলকই ঘড়ী য়েংই) উম পুং অমদি খ্রাংলি মাগা ঐগা থানথিবা মতম। জামীনি, ঙসিদি ইচেদি তাইবংগী চৎনবী তুংইন্না চৎপা তারেদা ইবেবু খারোগদুকো)

জামীনি:—(ফুক হোৎলি ইচে....ইচে ইস....মঙবি।

কুঞ্জা:—করি মঙমো জামীনি, ইপা পাথৎলিবা অসিবু।

জামীনি:—ইচে অহিং অসিমক্কী হায়বগুম্বস তৌই। কিমু শেংপা নিপা অনিথক্কা ইচেবু কাদুনা পুথিরম্মী খুদক অদুদা ঐখোয় তামো ব্রোজেননা নিপা অনি অদুবু ফুদৎলম্মী। অদুদগী ঐখোয় তামো ব্রোজেন মীরৈপাক্ত চেংখি (খঙহৌদনা ইচেনা অপিকপা অঙাং অমা পমলদুনা কপ্লম্মী। অদুগা কি অঙোবনা কুপ্পা অশিবা নিপা অমা ইচেগী মাংদা লৈরম্মী মনাক অদুদা ঐখোয় তামো ব্রোজেনগা ময়াং সুপী অমগা লেপ্পুনা ইচেবু য়েংলম্মী। অদুদগী মিকপ অদুম থোকলে।

কুঞ্জা :— ইনাওসিদি, মকু মওনিদা চৎলো তুমলুরো থেওলে।

জামীনি :— ইচে ঐ তুমলুরগে। ( কাহুদগী থোকখি )

কুঞ্জা :— ( চৌক্কিদা ফমলগা ) করি থোক্লগবা! ঐংভান্দা মীৎনা মীৎ চোংবনে। হে লাইনিংথৌ ইপা ইবুংঙো, লৈমরেল শিদবী ইমা, নচাবু মঙ্গল পীনবীয়ুকো।

( তাঞ্জা অসিমক্তদা কা অদুদা প্রিয়ো ১মুং কুমার ফিমু শেৎলগা পিষ্টোল অমমম পাররগা চংলকই )

প্রিয়ো :— ( পিষ্টোল উৎলগা ) কুঞ্জমালা।

কুঞ্জা :— ( কিনা ) কনানো হুরানবা …।

প্রিয়ো :— তুমিন লৈয়ু লাংগনু। লাওরবদি নঙ শিগনি।

কুঞ্জা :— নখোয় থেঙলব অহিং অসিদা করি পোৎ হুবা ….।

প্রিয়ো :— তুমিন লৈয়ু রা ভাংগহু। নঙনা ঐবু নুংশিব তম্বী-রগা করিগী নমাই লৈরি? নঙবু মুংশিবদগী নঙবু কাউব ওমদবদগী থরাই থুবাক্তা হাপ্লুনা নঙবু লৌগা লাক্লিবনি। চৎলু হরাও হরাও ইমাংদা।

কুঞ্জা :— নত্তে নত্তে তাখো নচনবু ভাকশিয়ু থুকমজরি।

প্রিয়ো :— মদু য়্যারোই লাও চৎসি। ( চংশিনবা )

কুঞ্জা :— চংশিল্লকনু হুরানবা, নপুন্সি চুপ্প জেল চংনিংদ্রবদি মকম অসিদগী থোকথে।

প্রিয়ো :— নোংশাগী মমাংদা শজি অমোম্বা নাম্বোকপা ওইথোক্তবনি।

( প্রিয়ো অমসুং কুমারনা কুঞ্জমালাবু ময়াদা কিবুল নমলগা নমদুনা কা অদুদগী পুথোকখি )

Light

# ৭শুবা উংপা

মতম — অহিং।      মফম — লম্মী লমহাং।

(লম্মী অসিদা ব্রোজেন খোংথাং কল্লা লাকই)

থুঙা তল্লং উপু অমস্থ পায়

ব্রোজেন :— থা অনি থুঙংদা লৈরুবদা ঐগী কুঞ্জমালাবু চহি লিশিং কয়া উনরুদবদোনা থল্লি। অতুবু ঙসিদগী ঐগী কুঞ্জমালা উংরগনি। (থংলেপ লেপই) করিনো মীচিক মীরাওখোল তন্দ্রবা ইচিক হুল্লবা থেংলবা অহিং অসিদা গতি লৈত্রবী মুপী অমগী মীকপ মীরাওখোল তরিবা অসিবু! নত্তে, খোঞ্জেল অসি ঐগী কুঞ্জমালাগী খোঞ্জেল মানখে্দা। ও ……মানি ঐগী কূঞ্জমালানি। ফৈ ডাকুশিং অসিদগী কুঞ্জমালাবু কনদবা য়াদে।

(নারক অমদা লোংলি ; লম্মী অত্রুদা প্রিয়ো অমস্নং কুমারনা কুঞ্জমালাবু চৌংলহনা পুরকই)

প্রিয়ো :— লেপ্লু মফম অসিদা। ঐনা অমুক হল্লা হায়রি নঙ ঐগীদমক্ত লেপ্লীগদ্রা ?

কুঞ্জা :— ঐনা নঙগী মুপী ওইবদি নমং কাওবা নিংলুম্নু।

প্রিয়ো :— নঙ ঐগী ইথুবাক্তা লৈরবনি। ঙায়োক চফুদা লৈবা ঙাবু কাবদা লুনা খোক্তে।

কুঞ্জা :— নঙনা ঐগী কাপ্পত্রবা হকচাং পোলাং অসে কংহৌবা য়াই। অদুগা অত্মাদি নংগী ওইবা য়ারোই। খঙউ, ঐ অসে নঙদগী হেনবা নবুংঙো অমগী ওইথ্রবনি। ঐহোন্দা লংজরবদি দোষ পুগনি।

প্রিয়ো :— মরুপ, অসিব্রাইদা গার্ড চৎলুচো।

কুমার :— চৎচরুগে, মরুপ ভাব তারেদনা। ( চৎখি )

কুঞ্জা :— তাদা কুমার নচনবু কনবীয়্নে। রাখল খেল্লবা নিপা অসিগী খুত্তগী ঐবু কনবীয়্নে তাদা! ( কপ্পা )

প্রিয়ো :— কুঞ্জমালা, লাও চংশিল্লকউ, প্যাথংগী চাক্লবা থম্মোয় অসে নঙগী মুংশি অমৃত খিকপিদুনা হংহল্লো লাও মুংশিবী।

কুঞ্জ :— চংশিল্লকনু। ( ভুং হন্দোকই )

( তাপ্পা অসিমক্তদা ব্রোজেন তপ্পা নাশোল পিক্না প্রিয়োগী তুংদা চংশিল্লক্লুনা পিস্টোল মুনখ্রে, খোংপক্না কাওবদা প্রিয়ো উপনা তুখ্রে )

ব্রোজেন :— হে, বুত নখুৎ থাংগৎলু।

কুঞ্জা :— তামোচা নচনবু কনবীয়্ু কত্রবা মীশক অসিনা ঐবু ··

প্রিয়ো :— ( তপ্পা হৌগৎলকই, মখুৎ থাংগৎলি ) নঙ কনানে?

ব্রোজেন :— ঐ ব্রোজেননি, মশানা য়াদবা মুপী চিংলিবা অপংবা নঙ কনানো হায়য়ু।

প্রিয়ো :— ঐ ইন্ফল সহরদা পোকপা ইন্ফল সহরদা চাউবা প্রিয়ো হায়বা অদুনি। অহানবদা মুপী অসে ঐগা য়াম্না মুংশিনরম্মী। অদুবু হৌজিক্তি মানা ঐবু মুংশিত্রে অদুবু

ঐনদি মাবু য়াম্না নুংশি। অদুনা মা নত্তবা নুপী থিরোই হায়না রাশকপদগী মাবু শিবা কিদনা লুট চত্তুনা পুরকপনি খত্তলবরা। অশিংবা ব্রোজেন।

ব্রোজেন :—অদুক পিকপা রাখল নিপানা চেনগদবা নত্তে, পুকচেল চাওথোক্কদবনি, নুপীবু চিংদুনা লৌগে থন্নিবা ইজ্জৎ লৈতবা বুদ্ধ।

প্রিয়ো :— হে হৈশিংলবা ব্রোজেন, লিন্না চিক্লিবা মীনা হুগী মশক খঙলোই। নুংশিবা মশক খঙদবা মীনা নুংশিবা মশক খঙলোই। নুংশিবগী মকমদা ইজৎ লৈতে জাৎ লৈতে হুবু খঙবা খঙনঃ থকপা ওম্বনি। নুংশিবগীদমক্তদি শিববু থোইনা পম্মুদে। ঐ হেক্কিক নংগী খুত্তা ঐগী পুক্ন লৈরে। নঙনা ঐগী পুক্নিবু লেপহন্নীংশবন্নু য়াগনি। ঐ শিবা কবিমত্তা কিদে। অদুগা ঐনা কুঞ্জমালাবু নুংশিবগী চাং অসে নঙনা করিগুম্বা থঙলম্নাদি নঙ ঐগী লম্বীদা অপনবা পিরমলোই।

ব্রোজেন :— কয়ে, অদু ওইরবদি কুঞ্জমালা নঙ প্রিয়োগী তু ইনথো মহাক অসে নঙবু তশেংনা নুংশিবা থম্মোয়নি।

কুঞ্জা :— তামোচা, মদু তাকপিগনু। চঙজবক্লবা গতি লৈজক্রবা নুপীমচা অমবু কনব ওমপলরোইদ্রা? নঙ নিপা অমা নত্রা?

ব্রোজেন :—প্রিয়ো নুপীনা য়াম্রে করম তৌগনি? কাম্নদেদা নুপীদা চোম্না নিপা মান্দে পুকচেল চাওথোকউ নঙনা কুঞ্জমালাবু কংবদি ঈশ্বরনা তমলমজ্রে।

( তাঞ্জা অসিমক্তদা ব্রোজেনগী নঙ্গলদা কুমারগী পিষ্টোল থমলয়ে )

কুমার :— হে নখুৎ থাংগৎলু পিষ্টোল থাদো।

( ব্রোজেন পিষ্টোল থাদে প্রিয়োনা মঙশিন্দুনা থুল্লি )

প্রিয়ো :— হা....হা....লরাই মচা ব্রোজেন, ঈশ্বরনা অমুক কুঞ্জমালাবু প্রিয়োগী ওইহ্নু কমলেদো। নঙ হৌজিক হাংপা তারে।

ব্রোজেন :— খিল্লনু প্রিয়ো, ঐহ্নু মুংশিবগীদমক্তা থরাই পাম্মদে ঐবু খুদক অসিদা হাৎলে !

কুঞ্জ :— তামো ... প্রিয়ো .... মাগী থরাইদদি কনবীয়ু।

প্রিয়ো :— তুমিন লৈয়ু, রেদি রান টু! হা.... হা.... ব্রোজেনগী রাঙাং তাবদা থঙহৌদনা প্রিয়োগী পুকচেল হোংখ্রে। ঐ নখোয়গী কাদা লোইরং শিংখোং ওইররোই। নখোয়গী কাদা মতম থর য়েৎলমলে মতুগীদমক্তা ঙাকপিয়ু। নখোয়গী পুন্সিবু ঈশ্বরনা মঙ্গল পীনবীসনু ঐ চৎলে। লাও মরুপ কুমার ( মখোয় অনি চৎখি )

কুঞ্জা :— ( শোঞ্জবা ) ঐবু মী ওৎপী হায়বত্রু ওইরবরা ? কয়াদা চাওরবা মহাক্কী পুকচেলনো তামোচা, নহাকসু মহাক্কুমনা পুকচেল চাওথোউকে!

ব্রোজেন : — কুঞ্জমালা ঐবু পুকচেল পিকপা তাথরবরা ?

কুঞ্জা :— তাখিদরি তামোচা, রাথল লেপ্তবী পংলবী শাগী পুকচেল চেল্লবী নচনবা নহাক্কী মকমদগী করিগুম্বা ভিক্ষা অমত্তা নিঙ্গরি,

তামোচানা পুকচেল চাওবা উত্তুনা হয়াও হয়াও ভিক্ক। অসে হায়ীয়ুকো।

ব্রোজেন :— ( চিংনবা ) করিনো হায়য়ু কুঞ্জমালা ?

কুঞ্জা :— পাংলবী সুপীগী রাখল ওইবনা ওঝা জয়চন্দ্রগা চৈরাং লোঞ্জানখে, সুংশি থুদোল কৎথোকখে। পুকচেল চাওরবা তামোচানি, চসি নচলবু শাবী শানো অমগী সুংশিনবগী মচুক্তা পোকমীরবা মবুং ১গা মচল ১গা সুংশিনবগী মরি অদো তোল্লবী নচলনা কিগাও শানা নিজরিনে তামোচা।

ব্রোজেন :— অসি ওইরেকো সুপীগী পুকচেল।

কুঞ্জ :— তামোচা পুকচেল পিকপা উৎকদোরিবরা ?

ব্রোজেন :— কুঞ্জমালা ... .... ফরে ভসগী অহিংদগী হোৎনা নওবু ঐগী সুংশিরবী ইচল জামীনিমক্কী থল্লবনিকো অদুগা ইবুংগী থম্মোয়দা তাথিব্রা নহাক্কী মুর্ত্তিনিদি ... .... ।

কুঞ্জা :— তোক্লো তামোচা পুন্নমক ঐগী ইরাম্নি নচলবু ভাকপিয়ু।

ব্রোজেন :— ইবুংগী ইবেম্মা কুঞ্জমালা, নহাল মথৈ ইচলগী মফমদা থল্লোইদোবা রাখল থনখিবা পুন্নমক অদো নও ঐবু পোকমীম্নবা নবুং অমম্নি থনবীত্তুনা ভাকপীয়ুকো। ( লৈথোক্কনা পী কৈথোকই )

কুঞ্জা :— ( কপ্পা ) তামোচ, নহাক লৈহৌরো, ওসি পাংলবী নচলনা মহাক্কা চৎসি হায়না মুমিং থানথবনি। মহাক অদো হৌজিক লাকপা মতম ওইররে। ও ... হায়না হায়না থাবলগী মভাল অসিদা মহাক লাক্লে। তামোচা,

মঙগা চিক্লবা অহিং অসিদা লোইমদুনা লৈরবদি, মহাক্না ঐবু চিংনখিবা তারে। অদুনা ন···হাক হন····খে।

ব্রোজেন :— কৃষ্ণমালা····কৃষ্ণমালা, নঙগী পুন্সিবু ঈশ্বরনা মঙ্গল পীনবিশনু হৈবুং চৎলে। ( খম চৎখি অদুগা মরুম অমদা চিঙ্‌গী পি শিন্থনা কৃষ্ণমালাবু য়েংলি )

কৃষ্ণা :— ও···· ওঝা ···· নহাক থেংলক্লে করিগীনো ?

জয়চন্দ্র :— রারোগনু খরা থেঙখে। ঐ লাক্তে হায়দুনা নখোং খোংনা হেক্তা ···।

কৃষ্ণা :— নহাক লাক্তবা অদুদা নয়ুম তান্না হেক্তা লাক্লগে হায়দুনা লাকচরবনে, পাম্মুবা।

জয় :— অদুদি চৎলসিনে, পাম্মুবী।

( খুৎশম্নরদুনা চৎলি ব্রোজেন য়াম্না নিংঙৎদনা মিত্তী পি সিন্থদুনা মখোয় অনিগী মতৌ য়েংলি। মতম অসিদা লন্নী অসিদা অঙাওবা অমা ইশৈ শরুদুনা লাকই। মহাক্কী ইশৈদি রেডিওদা শকপা "নংনু ঐবু কাওরোকে', ঐনু নংবু কাওরগে" হায়বা ইশৈ অদুনি ইশৈ অদু শকপা হৌগৎলকপদা প্রিয়ো য়ু লিক্লি অমা কোল্লদুনা য়ু ডাওনা লাকই। অঙাওবা নিপাদুগী ইশৈদু তাবদা পী শিনৈ। অমরোমদা জয়চন্দ্র ১মুং কৃষ্ণমালা ইশৈদু তারি। ইশৈ তাবদা কৃষ্ণমালা মিত্তী পি শিনৈ। অদুগা তপ্ন তপ্না মখোয় অনি চৎখি ( ইশৈ লোইররদা )।

অঙাওবা:— ( মথন্তু শোন্থবা ) মতম অমদা ঐগা ঐগী সুংশিরবী অদুগা ব্রাশক্লখি। ঐনা ব্রাশকখি নত্তনা ঐবু থাদোক্লুনা সুংশি ইপাক্তা ইতোমতা লংশেকপীরমলবদি ঐদি অঙাওবা শাঙ্গনা মীচিক মীরাওখোল তাত্রবা থেংলবা অহিংগী মঙমদা লম্বীদা সড়ক্কা শোংলবা উয়ংদা ব্রাংলবা চীংদোলদা ইশৈ শক্লুনা ঐগী পুন্সি লেনগনি হায়না ব্রাশকখি, অদুবু সুংশিরবী অদুনা ঐবু থাদোক্লুনা চঙ্খিবদগী ঐ ব্রাশককী মতুং ইন্না ঐগী শিক্ষম পাংখোক্লী। ঐ কৈদোং সুংদগু ব্রাশক কাইরোই পুন্সি ইচেল লেপত্রিকাওবা। ( মুরুম মুরুম সোল্লহুনা অমম্বা লম্বীদা চংখি )

প্রিয়ো:— ( অঙাওবগী মা তারুরগা ) ও...হু অঙাওবা নত্তে, সুংশি তিন্না চিক্লবা মীওই অমনি। ঐসু কুঞ্জমালাগী মকমদা ব্রাশকখি, "নত্তনা ঐবু থাদোকপিরম্লবদি পুন্সি চুপ্পা মু থক্কনি অনদি মুম পাল্লোই হায়দুনা" ঐ ব্রাশক কাইরোই—ব্রাশক কাইরোই। ( ঙাওনা ঙাওনা চংখি )

ব্রাজেং:— ও...মশোয় লোইনা ব্রাশক ঙাক্লি। কুঞ্জমালাগী মকমদা ঐনা ব্রাশকখি "কুঞ্জমালা নংনা ঐবু থাদোক-পিরমলবদি। ঐ মনিপুরদা লৈরোই হায়দুনা অদুদি ঐ ব্রাশক কাইনা তারিবরা ? কাইরোই ব্রাশক কাইরোই ঐ শোংলবা মৈতৈ মচানি। ( অমম্বা মরক্তা চংখিবনা মশক উখিদ্রে )

Light

# ১০শুবা উৎপা

মতম—অহিং অথেংবা।

মফম—কুঞ্জমালাখোইগী ওইরোমদা লৈবা ব্রোজেনগী য়ুম

(ইমুং অত্তু বোদোল মচা অমা থাল্লি। জিবোল অমসুং জামীনি ফমুং অমমমদা তুমলি। জামীনি ফুক হোৌগৎলি)

জামীনি:— তামো (থংলাও লাওই) নহাক চৎখিন্নু।

জিবোল: – (ফুক হোৌগৎলি) জামীনি নত্তে. নঙবু ঙাওববা?

জামীনি:— ও… তাতোলমচা মংনিকো। করিনে ঙসি অহিংগী মং অসিবু। তাতোলমচা লাও মপান্দা তামো য়েংলুসি।

জি:— নত্তে, নঙবু করি তেরবগে, তামো ওঝা ওইবা চৎখিহুদি।

জা:— তাতোলমচা ঐ মখদা তামোচা লাক্লম্মী। থোং লোল্লি হায়দুনা তামোদি অতোপ্পা লৈবাক অমদা চৎশিরম্মী তাতোলমচা থোং হাংদোক্লুনা মপান্দা ঐথোয় তামো লৈবরা য়েংলুসি।

(মপাল থোকখি)।

জি:— হৈমা অহিংসিদা মপান থোকখ্রেহে। হাই ঙাইথোনে (মতুং ইন্নখি) তো লৈতেনে কৈন্নু, লাকও চঙলাসি অহিং অসিদা কিদবা তোগনু।

জা:— হোয়নে লৈতেনে। তাতোলমচা, কজদ্রা থেংলবা অহিংগী দৃশ্য অসে, পুন্নীং হুত্রা? থাজনা লোংদোলদা লৈহেংলিবা

অদুগা থবানবীচাক লিশিং শিশিংনা নোংদোল থক্তা লৈজেং-লিবা। অতোবা লৈচিলনা কোইপাই পাইরিবা। অদুগা অথাপ্পদা ভাউবা হুইমা তেংথারিবা।

জি :— ইসে ... নঙম্নকবি ওইখগেদা। লাকও লাকও চংলসি।

জা :— চংলম্মি তাতোলমচা, তাযো লৈক্তে ( মথোয় অনি ইমুংদা চংখনা মাগী মাগী কমুংদা তুম্নখি। ডহাক লৈরবা মতুংদা ব্রেজেন অমম্বা অহিং অদুদা তরং উপূ অমগা কোম্মোং-লোমদগী তপ্পা চংলক্কুনা মাঙ্গোলদা লেপ্লরে )

ব্রেজেন :— ( মংস্তা শোঙ্গবা ) ঐবু রাশক ভাক্কবদা তারবরা ? ( থোংজ মথুংনা নপ্পা ) ও ... পোং পোনা লোন্দেনা ( চংসিন্দুনা তরং উপুদু টেবল মথক্ত থম্ব ) ঐবু ৎসি থেংলবা অহিং অসিদা রাশক ভাক্তুনা য়ুম থাদোকপা তারবরনে। নত্রে, নত্রে ঐ রাথল ওম্নরে। যেংউ মুংশিরবা ইনাও অমদি ইচলবু থাদো-ক্তংনা ঐনা কবিম্ন লৈত্রবী দুপীমচ অমগী রাশক ভাকপদা য়ুম থাদোকপা ঐ রাশক ভক্লরোই। অদুদি ঐ ইশাগী রাবু ইশানা ভাকপা ভমত্রবা ? মরৈ অনি লাংবা লিলগা মাম্নরবা ঐ রাশক ভাকনি অদুদি 'জবোল জামীনিন সমাজ অসিদা করম্মা লৈহোবা অকব কত্তবা পুম্নমক ঈশ্বর নভোন্দা শিম্নরি। ( তবং উপুদগী কি চাদর অমনে ফুরিং অমনে পুখোক্লক্লগা ) ইয়াম্বগী ইবুংঙো জিবোল, নঙ ইয়াম্ববু রারোগম্নুকো। নঙনা মরাইবক খিরবী পলেম পন্নো লৈত্রবী ইচলবু লুনা তো-বীয়ুকো ইচলগী মপুক্লীং মুংশিহনগম্নুকো, লৈহোরো ইয়াম্বগী

ইবুংঙো মুংশিবা। ইয়াম্বনা চৎলগদাই মতম অসিদা অরোইবা ওইনা ফুরিৎ অসে শেল্লমগেকো (ফুরিত্তু কৈজুপ মথক্তা থম্লগা মচলগী নাক্তা চংসিন্দুনা) ইবুংগী ইবেম্মা জামীনি ইবুং চৎলগেকো। নং ইবুংবু য়ারোবা তৌগমুকো জামীনি, ইবুংনা থোনবিবা চৈরে কি কৈ কত্তে হায়রদুনা নিংঙাই তৌগনুকো (ফিডু কৈজুপ মথক্তা থম্মী)। জামীনি ইবুং চৎলেকো (চিঠি অমা টেবলদা থম্মী) জামীনি জবোল, নখোয়না তুংথুল হুল্লিংঙ মতমদা ঐদি চৎপা জাবেদো। মতম অমদা ইচিল ইপুবা অমুক উন্নসিকো।

(মতম অসিদা অঙাওবা অমা লম্বীদা ইশৈ সল্লদুনা লাক্লী ব্রোজেন ইশৈ জারমলগা মিত্তুনী তায়রকপা পীরাংশিংদু ঙৈথোকলগা তরং উপুত্র পায়দুনা খোংথাং তপ্পা থোং হাংদুনা মপাল থোকখি)

অঙাওবাঃ— (ইশৈ)

জাংলো লৈমা থেংলব', ইচিক হুনবা অহিংসিদা,
তমগী পোম্বী মহাক্তি, চাংলোন মাপল লাম্না
পোম্বী সাবপ তোইথুনি, পীরমলে বিদায় পুজাগী।
পোম্বীনা পাইখিবা মাইকৈদা
পাঙল মপুং কাদ্রিবা, পোম্বী চেক্লা অনিনা
হিক্লা হিক্লা কপ্পনি।
(ইশৈ লোইরবদা অঙাওবা অদুম চৎখি)

জামীনি:— ( ফুক হোগৎলি ) তাতোলমচা নগুগী কৈজুপ মথক্কগী ফুরিত্তুবো করম্বনো ?

জিবোন:— ( হোগৎলকই ) জামীনি নগুগীসু কৈজুপ মথক্কা চাদর অমা লৈরে। ( মখোয় অনিমক কিদু য়েংলগা )

জা:— তাতোলমচা, ঐখোয়তামো লাক্লমানে ( কৌবা ) তামো....

জি:— ( চিঠি উবদা ) জামীনি চিঠি অমা লৈরে। (তুমিল্লা পাই)

জা:— করিগী চিঠীনো, তাকে'লথচা ? ( চংশিল্লুনা য়েংই )

( তাঞ্জা অসিদা বোরজাওবা কিংবা ইমুংদা চংলকই )

বোরজাওবা:— হয় জিবোন, জামীনি। নচে লৈতেবে সিদগা লাকপরা।

জা:— খুড়া ইবুংঙো লাক্কেনে। অদুগা তামোসু লরায়দগী ঐখোয় তুমলিঙৈদা লাক্লমাল্লে ঐখোয়না মীকপ খোয়কপদা কিসিনে, ফুরিৎসিনে অদুগা চিঠি অমগা থনম্মী। তামোগা ইংগা চেল্লমগনি।

জি: – ( কপ্পা কপ্পা ) নত্তে নত্তে জামীনি, খুড়া ইবুংঙা চিঠিসে পারক্কে অমুক্কা তাবিয়।

জি: – ( পাবা ) তাং ১৪ – ৯ – ১৯৬৯

ঙসি ইপা শক্লবা খুড়া ইবুংঙোগী মকমদা তোল্লবা নচা ব্রোজেনন থুবাং চাংজো ১০ন খুরুমজরমখনি। ইচল কুঞ্জমালাবু ফাদোকপিগনু, চাওনা লুহোংবিয়কো। ইচলগী লুহোংবাদি নচা ব্রোজেনদি য়াওবা ঙমলোইদোরে। করিগুম্বা য়াথক অমদগী অমুক হন্না হল্লক্লরোইদোবা মওংদা মীয়ৈপাক্কা চৎলে। অদুগা

খড়া ইবুংঙোনা ঐগী মরাইবক থিরবা থিরবী জিবোল, জামীনিবু নচা শক্লা লাংগোলবীয়কো। খুড়া ইবুংঙোগী লমন শিংলমদ্রে হায়ড়ুনা তোল্লবা নচা ব্রোজেনবু রারোবীগনুকো।

ইতি—

ব্রোজেন সিংহ

খুড়াইবুংঙো চিঠি ১মু লৈরি ( পাবা

তাং ১৪—৯—১৬৯

ইয়াম্বগী ইবুংঙো জিবোল, ইবুংগী ইবেম্মা জামীনি নখোয় অনি ঐবু রারোগনুকো। ঐদি করিগুম্বা রাশক অমদগী মীরৈ-পাক্তা চৎলে। ঐনা অরোইবা ওইনা নখোয় অনিগী থোনবীরম্বা ফুরিৎ ১দি চাদর কৈ ফজে থনগনুকো। নচিল লৌপরা লুনা ভিয়োকো মতম চুপ্পদা খুড়াইবুংঙোবু কাওগনু ইমা ইপামরী খল্লুকো—

বিদায়....বিদায়...বিদায়

জামীনি :— ঐগী থোমলেন মংলানচান্দো চুমলে।

তামো...তামো ইচিল ইপরাবু থাদোক্তুনা মকম ক-দাই-রাইদা চৎলবনোনে, তামো। মীনোক চাওরবা সমাজ অসিদা ইচিল ইপারাবু করম্না লৈহো হায়রীবনোনে তামো?

( থোং হাংজুনা চেম্বোকখি )

জি :— জামীনি....জামীনি ( কপ্পা কপ্পা ভুং ইন্নখি )

বোর,— করম্বা রাশক্তগী মীরৈপাক্তা চৎখিবা। ইপাগী ইবেম্মা কৃষ্ণমালা। নঙবু লোকপী পলেম্মা নঙবু ঈ মতুমদা থনম্নগা

নোঙাখ্রবদা নঙবু চাওনবা য়োক্লকপদি অসিয়া ?

( মরাই লুক্লা মপাল থোকখি )

Light

## ১১শুবা উৎপা

মতম— য়াচংবা মতুং সুংদাং। মফম—পঞ্জাবকী টাউন।

( মফম থর হৌথ্রে। ব্রোজেন মণিপুর থাদোক্তুনা পঞ্জাব টাউন য়োরক্লে, ব্রাং চাওরবা রনবীর অমসুং মচানুপী ভানুপতি পঞ্জাবী মপা মচা সুটকেস অমমম পায়রক্তুনা খোংথাং কল্লপ চৎলি। তুংদা ব্রোজেন তপ্লপ্লা তরং উপু অমা পায়রক্তুনা চৎলি। ভানুপতিনা মপাগী তুংদা চৎলি লেপ্তুনা হয়া হয়া য়েংই। ব্রোজেনগা মীং চানৈ ব্রোজেনগা চপ লেপই। অসুম্না ফনা সংনা লাক্লবা মতুংদা।

রনবীর :— ( চপ লেপ্লগা ) ভানুপতি, ইচানুপী।

ভানুপতি :— ফাদর,

( ব্রোজেনসু মথোয়গী তুংদ লেপ্তুনা লৈ )

রনবীর :— নঙ অসিগী হোটেল অসিদা পুংখাই অমতং লৈরম্মু, ঐ অসিদা কমপানিগী মী অমা উন্নরুখিগে।

ভানু :— ফনি, ফানর খর থুনা হনবীরকউ।

রন :— য়েস ঐ চৎলে ( চৎখবা )

ব্রোজেন :— ৱাখে‌্লদা হে ঈশ্বর ( ফমথৈ ভ মুপ ভিদা য়েংবা )

ভানু :— ( য়েংলকই-মীৎ চাম্নে ) অদোম মনিপুরী হ (মণিপুরীদা)

ব্রোজেন :— ( ঙক নোম্লগা ) উম।

ভানু :— করাই চৎপা ওইরে হা ( খুম্রম্রগা ) লম কোইবা চৎপা ওইরে হা ননা পংবা ওইরেনেকো। –

ব্রো :— অদোম সিসতরবু মনিপুরদা লৈবীরমবরা ?

ভানু :— হোয়, লৈরম্বা ওইরে ভাবরা ! হা ... মা পংবা ওইরে।

ব্রো :— ঐ মা পংজদে।

ভানু :— অদুদি করিগী খুমদবদা ওইরে মনিপুরীগী হৱাগরিদা ট্রেনগারি তোংশিল্লরক্লুনা পঞ্জাব য়ৌরে। অসিদগী কদায়দামুক চৎকদৌরিবা ?

ব্রো:— ঐ পন্থুংক্কম খঙদে। ঐনা মনিপুরদগী পুরকপা লেল লোইখোকখে। মনিপুরদা ঐগী ইমা ইপা; ইচিল ইনাও শাগৈ নাতৈ অমতা লৈজ্রে। অদুদা মনিপুর খাদোক্লুনা মীরৈপাক্কী লৈপে লাক্লবনি। ঐ নখোয়গী থবক মুদুনা নখোয়দা লৈরগে হায়ববু...

ভানু:— ভাইখো, ৱাকম অদু কানর লাক্লগা হংসে ! নও য়াম্না ৱানা উরে, তল লাম্বরা চাক লাম্বরা।

ব্রো:— সিসতর ঐ মুমীৎ নিনি মুরে করি অমতা চারক্লবা ইশিংতনা মুমীৎ নিনি অসে লেল্লরীবনি।

ভানুঃ—ও ...অতুদি ( বেগতগী তল পুখোক্তুনা ) চাও হঙ্গোইবরা ?

ব্রোঃ—( লোবা ) অ...হঙ্গোইজদে থাগৎচরি। ( চাবা )

ভানুঃ—অদোম্না চাবা উরগা ঐস্থ য়াম্না নুংঙাইরে। সোম ব্রদরগী মীং করি কৌরে।

ব্রোজেনঃ—ঐগী মীং ব্রোজেনসিং। সিসতরগী মীংদি।

ভানুঃ—ঐগী মীংদি ভানুপতি কৌই। অসাই চৎথিবদু ঐগী কাদরনি। মনিপুরী দাদা ব্রোজেনসিং, নহাক লাইরিক তম্বরা ?

ব্রোজেনঃ—হোয় হন্দক তেন থাজখি।

ভানুঃ—তেন থাখিবা পরিক্ষ হায়দোকে রিজল থগুবীরবরা ?

ব্রোজেনঃ—পরিক্ষা হায়দোকখিবা থগুজদ্রি।

ভানুঃ—রোল হায়বীরকউ ( অসাম ত্রিবুন পুথোরকই )

ব্রোজেনঃ—ও...ঐগী পিকচর থবরদা য়ওরে ঐ গৌহাটী ইউনিভরসিটিগী ফারস্ট পোজিশন লেপ্লে।

ভানুঃ—( ব্রোজেনদা সংক্রিক য়েংলগা ) থেংক ইয়্ ( মথুং সোরুব ) ঐস্থ তেন থাজখি দাদানা ফারস্ট পোজিসন ঐনা সেকেন্দ পোজিসন্দা য়েংউ ঐগী পিকচরস্থ খবরদা য়াওরিবসি।

ব্রোঃ—( মুন্না য়েংলগা মথুং অমুক সোরুবা ) ভেরি ভেরি থেংক ইয়্। সিসতর নঙ করম্না মনিপুরী থঙলিবনো ?

ভানুঃ—ঐগী কাদর মনিপুরদা চীকাগী থবক তৌবা চহি কুইরক্লে। ঐস্থ কাদরগী নাক্তা লৈবা চহি ১০ হেল্লক্লে অদুনা মনিপুরী

থঙবনিনে। দাদা নঙ ঐখোয়দা পুন্সি চুপ্পা লৈবগদবনি।
অদুগা দাদা ইবানি ইংলণ্ড ড্ক্তর তম্বা চৎকদবনি।

বোঃ—অদুবু নখোইগী ফাদরনা য়াবীরকদরনে।

ভানুঃ— য়ারক্কনি, ঐগী ফাদর য়াম্ন ফবনি। অদা দাদা ইবানি হোতেলদা ফাদর ভাইবা ওইনা করিনো থর চারুন্সি লাকও দাদা ( ভানুপতিনা বোজেনবু মথুং শম্নদুনা হোতেলদা চংমীন্নখি।

*Light*

## ১২শুবা উংপা

মতম—অহিং। মফম—বোরাজাওবগী ইমুং।

[জয়চন্দ্র বোরজাওখোইদা নিঙোল মরা ওইরে]

[বোরজাও লিচৈ অমা পায় কুঞ্জমালাবা তুংদা মপা মচা শাওনা কোম্বোংলোমদগী ইমুংদা চংলকই]

বোর :—[শাওনা] ইয়া খঙগনি হয়েংদি ময়ুমদা তানংগে নিঙোল মরা জুরার রালাদে, ফরবস্থ কন্দ্রবস্থ মা এম, এ পাস তোদুনা কোলেজগী প্রোফেসার ওইরিবনি। অদুগা শেরা .... ... !

কুঞ্জা :— বাবা, মহাক্না য়ুম অসিদা হেক লাকপা মুমিক্তগী ইমুং অসে মুংথবা হৌরবনি। লাইরিক হৈবা মী অমা ওইরবসু য়ু থক্লবা, জুরার শান্নরবা মীতুদি সমাজগী সুম হায়বদু ওইরবনি।

বোর :— হায় নঙগী মপুংরোইবা অসে লাইরিক হৈরগা লাইসু খঙদবা হায়বন্তুনিনে। য়েংউ, মানা তলব পুশিনক্কবা থা অনি—অদুম সুরক্লে। হায় বারো মতুং পুং অমা চৎখরে পেংলে তুমলো। লাক্লবসু খোং হ্ংদোকপু, ইপা তুমলে [ কমু'দা চংখি ]

কুঞ্জা :— কে লাকখিসনু খঙগনি মা [ চৌক্রি ১দা কপ্পী ]

[ ওহাক লৈরগা জয়চন্দ্র কৈজোম মতং অমগ মোজাফ্রিৎ অমগা য়ু ঙাওনা ঙাওনা লাকই, মাঙোলদা লেপ্লগা ]

জয়চন্দ্র :— ইকাইখেন্দা সত্য ঐবু ইকুবোকখোয়গী মমাংদা ময়ু ঙাওনা করম্না চংগদোরিবনো। সত্য ঐখোয় ইকুবোকসি শিখ্রবদি মুংঙাইথ্রনিদা। অদুম তোরবদি বাক্সীদগী চাম্মা চৎপী নোৎয়ামদু পায়রগ শান্নরবদি মাঙখ্রবা পুন্নমক হন্জিনবা ঙমগনি। ইস... চাকইকো মাগী এক্সা ট্রে দো [ খোঙদা থেংবদা ] আই। খোং য়োরেনেহে। তরিবো...তারিবো [ খোঙ শিনবা ]

[ মতম অসিদা বোরাজাওবা তুমলম্বদগী না থাংগত্তুনা ভাই ]

খম্মোইগী পাম্মবা খোং হাংদোকও নংগী পাম্মবা লাক্লে, মুংশিখোইরবী।

[ বেৱাজাওবা ওকসি সোন্দুনা তুমসিন্নখি ]

কুঞ্জা : ( শ.ওনা ) তুমিন লৈম্ন, ব বা তাৱবদি নঙ হিংলৱোই ময়েক্তী হায়ৱুৱবদি নঙ··· ( খোঙ হাংবা ) ঙক্না কৱিনো তৌৱিবা অদুবু ( নাতোল মেল্লগা তু' হংগোকই )

জয় :— ( ঙাওৱি ঙাওৱি চংলক্তুনা তৌক্রিবা ফমই ) ইকুবোক তুমখিবা কয়াম কুইৱে ···· ওক···· ( ওথোকই )

কুঞ্জা :— ঙাইখো মঙনা ঐগী পাৱিজাৎ পৱেংদু লোল্লা পুখ্রগা কনাদা পিৱমলে ( অদুগা ওসাই চৎখিবমনা স্নুৎ ত.ই হোঁজিল্লা ( কিজিনা মমাই খুম জপ্পুনা কপই )

জয় :— স্নুখ তোই। ঐগীনা সাহেব ট্রেন অদুদা মাঙখিবা পুন্নমক হনজিন্নবা হায়দুনা অয়াওবা পুন্নমক লেইনা চৎপনিনে। অদুগা সো তৌৱুবদদি বীৱবাবুগীদ এগা ট্রেন লৈৱম্লীবনিনে। থম্মোয় অমে কায়ৱবনে কায়ৱবা ( থবাক্তা খুতুম্না স্নবা )

কুঞ্জা:— নঙ····নঙ···মতুংদা জুৱাও শান্নৱৱোই অদুগা য় থক্লৱোই হায়দুনা অমুক্তা ৱাশকপীয়। ( কপ্পা ) ঐগী পাৱিজাৎ পৱেংবু········।

জয়:— অই! কপ্লেংহে। হায়। মাঙখিবা পুন্নমক হজিন্নবা ইকুবোক তুম্নিতৌদা। বাক্সিদগী লুপা লিশিং মঙাকং লৌথোকলুচো।

( তাঞ্জা অসিদা বোৱজাওবা শাওনা চৌগৎলকই ) কৱি লুপা লিশিং মঙা। হে অঙাং নঙ নয়ুমদ চৎখ্রে। অদুগা ইচাগী পাৱিজাৎ পৱেংদু পীবস্মু।

জয়ঃ— ইকুবোক মমসতে খুরুমজরি ( মখুৎ জুর তৌই )

বোরঃ— হায় অঙাং শিনবা য়ৈমুরা হা। ( ফি শেম্বা )

জশঃ— ইকুবোক্লা ঐবু শিবা হায়বক্ত অতোপ্পা মী অমনা হায়-
মম্লবদি প্রোফেসার জয়চন্দ্র ঐগী ইতিক থঙলমগদবনি।

বোরঃ— করি মসে উশিল্লে য়ৈগেদহে [ চোংশিন্দুনা ফুই )·

কৃষ্ণ;—( খাম্বা ) বাবা, অক কল্লা রাখল থমবা ঙমজ্রিবা মু
ঙাওবা অসিগা মান্নবিরুগনু। মানা জ্ঞান তাররুবা মতমদা
রা ফজনা ঙাংনাসি।

বোরঃ— করি নঙমু নপুরোইবগী মিচং চংলবরা ? মপাবুদি
নপুরোইবনা লুবনিনা হায় জয়চন্দ্র পারিজাৎ পরেংতু
কদাইদা থনম্লবগে হা···মদু পুরক্ক্রবদি নঙ কয়া মথোং
চারোইকো।

জয়:— ইকুবোক অহানবগীদি ইকুনি, ইতুগী মপানি হায়দনা খুৎ
চনবিদবনি হন্দমুক হে রক্লবদি অ····বৃন্দাবন য়ৌরে থঙউ।

বোরঃ— ক'র ! মসি হেক্কা হাৎলগে ( চোংশিন্দুনা ফুই )

জয়ঃ— কৈ ( ঙাওরি ঙাওর নাকন্দগী মুরি পুথোরক্কনা বোর-
জাওবগী থবাক্কা থুম্না খিল্লে ) থঙত্রা ( থাংদগী উতু উবদা
ও–! ঐ মী হাংলে—ঐ মী হাৎলে ( চেল্লি থোঙদা
রাইশিন্দুনা জ্ঞান মাঙতুনা তুথখি )

বোর:— অ...আ...অ....( লাওরমলগা তুই )

কৃষ্ণঃ ···(পাখংনা) বাবা ··বাবা ·· ( মপাবু কোন্দুনা ভেংথাই )

বোয়:—( তপ্না ) ইপাগী ইবেম্মা কুঞ্জমালা, ঙসি ইপানা পুন্সি তুম-খুল হুল্লমদাই মতম অসিদা ইপা ব হায়গে নঙ লোদবা তৌগনু। জয়চন্দ্রবু মীহাৎপ তাহন্দুনা নহাকপু মীহাৎপগী মুপী ওাহনগনু। মত্না মপুরোইবনা শাগী লমচৎ চৎলবস্থ মুপী অদুনা লমচৎ অত চুমথোক্লবা হোৎনদগবনি। নঙনা জয়চন্দ্রগী লমচৎ চুমথোক্ক্‌না নথোই অনিনা সমাজগী কান্নবা থবক তৌরকউকো, কুঞ্জমালা। জামীনি জিবোলবু নোংপ্রা ১দি ননাওমক্কী থল্লকো কুঞ্জমাল, ইপা চৎলে [ শিবা ]

কুঞ্জ:—( কপ্না ) বাবা—বাবা মচা করি ওইরসিগে বাবা লাইবক খিবী নচাবু কনাদা শিল্লরমবগেনে, বাবা? [শাওন] লমন—লমন—ইপা হাৎপগী লমন, চেং পুরবনি চেং শিংগদবনি। মী অমা হাৎলবদি নঙস্থ হৎপা তাই [ ঈ তৈবা থাংজু খুল্লগা মপুরোইবদা থিনগে তৌই জমদতুনা থাং থাদৈ ] ও—ফরবস্থ ফত্রবস্থ মা ঐগী ইপুরোইবনি। ইপানা পোক-পিরবস্থ ঐদি মহাক্কীনি। ইপানা হাথরম্মী মত্না মপুরোইবনা শাগী লমচৎ চৎলবস্থ লমচৎ অদুবু চুমথোক্লবা হোৎনবনা মুপী ঐখোয়গী ইথৌনি। ইপুরোইবগী অবাবদু মুপী ঐখোয়স্থ চপ চানা শরুক য়াগদবনি। অদুদি ঐ ইপা হাৎপা য়াওরবা—।

জয়:—[ কুক হৌগৎলি ) ঐ মী হাৎলে, ঐ মী হাৎলে,। কুঞ্জমালা ঐ নঙগী নপাবু হাৎলে ঐ নঙগী নপুরোইবনি ঐবু—নঙনা কনবিররোইদরা?

কুঞ্জ: — নঙনা মতুংদা য়ু থক্লরোই, জুৱার শাম্নরোই নত্তবা লমচৎ চৎলরোই হায়না রাশকপা ঙমলবদি নহাক মী হাংপগী দন্দি ফংলোই।

জয়: —[ থা’ডু থুম্লগা] ঐ থাং চিক্‌না রাশক্লী মতুংদা য়ু থক্লরোই জুৱার শাম্নরোই নত্তবা লমচৎ চৎলরোই’’ কুঞ্জমালা, ঐবু কল্লগদ্রা ?

কুঞ্জ: — নঙ নিপামচানি রাশক ঙাক্নদ্রা ?

জয়: — ঐ অশেংবা ঠৈত্তৈ মচানি, কুঞ্জামালা।

কুঞ্জ: বাব—বাবা [ মপাবু কোন্দুনা কপ্পা ]

জয়: — কুঞ্জমালা, পুম্নমক ইশ্বরগী লিলানি। ইকুবোক অসে হুরানবনা হাংলমলে হায়দুনা থানাদা রিপোর্ট পিথ্রসি। ইকুবোক, নয়া মপাবু রারোগদ্রকো। [ অঙোবা কি অমনা মকু-বোক্কী মথক্তা কুপ্পী ]

Light

## ১৩শুবা উৎপা

মতম—মুংখিল। মকম লন্দন।

( চহি তরারোম হৌধে )

[ লন্দন সিটিগী দলাল মথোল তরেংশুবা কানি কা অসিদা ব্রোজেন ইংলিসকী খবর অমা পারি ]

ভানুপতি :— [ কাত্নদা চংলকই ] মনিপুরী দাদা ব্রোজেনসিং নঙগা ঐগা লন্দনদা ডাক্তর তম্বসি চহি য়াম্লক্লে অদুবু ঙসিদি মতম কুইনা তাল্লকপা F. R. C. S. কংলে।

ব্রোজেন:— অওইবরনে, পাস তৌরবরা ?

ভানু:— থাজদ্রবরু খবরসি য়েংউ ( খবর পিবা ) ঙসি নঙ ঐ ডাক্তর পাস তৌবগী হরাওদুনা ঐনা অহাও অথুম খরা লৈরকই চানিন্নশি (বেগতগী পুপোক্ত না চা ময়ৈ)।

ব্রো:— ঙসি নঙস্থু ঐস্থু ডাক্তর পাস তৌবা অসিদা মুংডাইবা কোংদোকপ ওইনা ঐনা তম্বীখিবা ইশৈদু শকউ।

ভানু:— অদুদি ইশৈদু শক্লবদি নখোই মনিপুরগী থাবল চোংবা তম্বীগেরা।

ব্রো:— তম্বীগনি।

ভানু:— অদুদি শক্লগে তান থারো ( ইশৈ )

"নংবু মীরাইজদে ঐনা ঐবু লাল্লা লোবীগনু
( রে ডিওগী ইশৈদু শকই )

ব্রোঃ— ( ইশৈ তাবদা কুঞ্জমালাবু নিংশিংলকই ) কুঞ্জমালা।

ভানুঃ— ( ইশৈ লোইরবদা ) ক্যা কুঞ্জমালা, মৈ ভানুপতি হুং

ব্রোঃ— য়েস ভানুপতি, মাই দারলিং।

ভানুঃ— অদুগা মনিপুরী দাদা ব্রোজেনসিং, নঙম্ম মী ঐস্ম মী অমতনিকো জাংকী রাখল খনগনু। দাদা থাবল চোংবা তম্মীরো ( ব্রেজেনগী খুদাং পাই )

ব্রোঃ—অতদি চোংলসিকো ঐ ইশৈ হনগে নঙ খুমউকো )
( ব্রোজেননা ইশৈ হল্লি। ভানুপতিনা খুমই )

*Light*

# ১৪শুবা উৎপা

মতম—অয়ুক।

মফম:— কুঞ্জমালাথোইগী ওইরোমদা লৈবা জিবোনথোইগী য়ুম
( জিবোন জামীনি শাথং লৈশাবী কাররে )

জিবোন :— ( মুংথং খাও অমগা ইমুংদগী থোরকই ) জামীনি.... জামীনি...।

জামীনি :— ( ইমুংদগী খোরকই ) তাতোলমচা, করি হায়গে ?

জিবোল :—ঙসিদি থবক সুবগী খেন কংবা সুমিৎনি চেংসু য়াম্না য়াল্লকনি নঙ ইচে কুঞ্জমালাগী মাক্তগী চৎথোক্লসুকো।

জামীনি :— তাতোলমচা, নঙ চৎকসু থিত্তং চাই থবক সুবদো কয়া সুগনো।

জি :— হোয়নে হোয়নে ঐ খেঙথে চৎলে চৎলে ( চৎখি )

জামীনি :— অ··· ওস্তোক্না ত্তোনথেদকো লাইরবা

( তাঙ্গা অসিদা কুঞ্জমালা পোকপ কুইর্দ্রবা অঙাংদু পমলদুনা জামীনিগী নাক্তা লাকই। জামীনিগী য়াবু নিংঙমদনা তারি )

মতম চহি তরায়োম ফারক্লে ঐগী তমো উদবা, সুংশিদকো ঐগী তাযোদো। করম্ব নিংবা কাইব য়াশক্তগী মনিপূর থাদোকখিবা। লৈরিবরা শিথবরা হায়বসু থঙদ্রে। আ··· সুংশিদা খুড়া ইবুংঙো নহাক লৈত্তবদগী ইমুং অসে নিংথো পান্দবা কোসুংগা মায়রেদো।

কুঞ্জ :— ইচেগী ইবেম্মা জামীনি।

জামীনি ,— ইচে ···· হৈমা ঙরাংদা ইপ ল থারি। মপাল থোকপা ঙমলেনা ( নিংথাগী অঙাংদু লক্লবা ) ইবুংঙোমচা এ—এ···· মমাই অসে পাকথোক পাক্লদনা কয়াদা সুংশিরবনো। ইবুংঙো নঙ হয়েং চাওরগা নপাদোনা জুরার শাম্নগসুকো। ইচে, ইতৈদুবু থা অমা কারকদোরে হনজিল্লক্লবা কদাই চৎখ্রবনো ?

কুঞ্জ :— জামীনি ইবেম্মা, ইপা ইপুগী পাউরোদা "হা পেম্মা যেলহো কথী তুংগা পোলোই য়েংনসি হায়বদো চুমইকো, ইবেম্মা।

জামীনি := চুথথেদা ইচে, ইচে নথোয়বু নিংথোগী মচাম্নুপীদোনা পুংশাইরম্বনি অদুবু....। ইচে হোরেনদিমে তাতোলমচানা থবক শুবগী শেল ফংককনি হায়ম্নে। ইচে হোরেলদি চাক পুক থম্ননিকো।

কুমার:— (সাইকল লুকোকপদু পোজিল্লকই, থামলগা) ইবেম্মা কুঞ্জমালা জয়চন্দ্র য়ুমসিদা লাকলম্বর ?

কুঞ্জ:— তাদা থা অমা কারকদোরে য়ুমসিদা হজিল্লক্কবা। করিগী ওইবীরবনো ?

কুমার:— মদাও য়াত্রেগা বীরবাবুনু থাংনা থিন্দুনা হাৎলমলগা লুপা ৫০০ পুদুনা চেনখ্রবনি। (জামীনি কুঞ্জমালা ইওক ওয়া লৈ) মাবু পুলিস গাড়ী অনি অহুম্বা তাম্নখ্রবনি।

কুঞ্জ:— ইস.... মী হাৎলবা অমতম্ম নত্তনা মী - (মথা তাবা শুমদবা)

কুমার:— মী অমম্ম হাৎলম্লবরো ? অদুগা পাউ অমনা নপোয়গী ইংথোল য়ুম-কৈ শঙ্গোই লুকোই পুম্নমক অসে মহাজন ওনিলদা লুপা লিশং কুন্দা য়োনখোকখ্রবনি অদুনা ওসিদগী য়ুম অসে থাদোক্লবা পাউ লাকচরিবানি চৎচরে (সাইকলদু গ্রোং গ্রোং থোৰি)।

জামীনি :— ( কপ্পা ) ইচে, ঐখোয় যুম অসে খাদোক্লবদি মক্কম কদাইদা লৈরুগনি, ইচে। ইতৈ শোয়দনা পুলিসনা কাখ্রগনি। ইচে, ঐখোয় করম তৌগনি ইচে।

কুঞ্জ :— ( কপ্পা ) জামীনি চৎসি মীৎনা উবা খোংনা থাংবা মক্কমদা পুন্সি ইচেল লেপ্পিবা ফাওবা। পারি ইবুংঙো মুংশিবা, ইমামা রাখিবসি নঙদি থওদববনে, ইবুংঙো।

অঙাঙবা :— ( ইশৈ শক্লদুনা কোম্মোংলোমদগী চংলকই )

হে তাইবং মীওইবা, কল্লবা মতমগী ইচেন্দা
তাওখরি জগৎ অপুম্বা শোংলবা নারক ওইরম্বা
ঙসি কোনমুং ওইরকই কোনমুং ওইরম্বা মক্কমদো
নারক অমুক ওইরকই খুবাক খুনম্মী কাউগনু
লমগী মপু ওইরম্বা ঙসিদি ওইরি চাকাংবা
চেকসিল্ল তইবং মীওইবা লাইজ থক্কো কোম্মোংলনি
নংলবা জাইরবা মতমদা! নিংশিংলক্কনি ইশ্বর মাবু
খোঞ্জো ঈশ্বংবু তত্তুনা, মরুপমী মগাক্তি লাইরবগী
( ইশৈ লোইরবদা ) ভিক্ষা....ভিক্ষা....।

জামী, কুঞ্জ :- ( পুন্না কপমিন্নদুনা অঙাওবগী মখোঙদ তুই ) ব বা....জাইরবগী থোংজিন্দা চংলকপদি মিত্তগী তারকপা পিরাং নত্তুনা অতৈ কমিস্ত্র কৎচনিংঙাই লৈজদেনে বাবা।

অঙাওবা :— গুরু মত্তুনা ইপা পেম্মে ( চৎখি ইশৈ শক্লা )

নিপা ১ :- ( চেনশিল্লকই ) জামীনি, জামীনি নোহ তাতোলমচা জিবোলদা সড়ক্কা থবক সুবদগী মিলিটরি গাড়ী অমনা

থেং জিন্নুনা অ···হোসপিটালদা পুথ্রবনি। (কুঞ্জমালা ঙক্লা লৈ)

জামীনিঃ— হা—ঐগী তাতোলমচ বো (কপ্পা) ইচে ঐগী তাতোল-মচা গাড়িনা তক্লে হায়নে ইচে। তাতোলমচা, নচল লাইবক থিবিদি করি ওইরসিগে, তাতোলমচা। ইচে, ঐ ঐগী ইবুংগী নাক্তা চৎলে (চেনখি) (নিপাড্রুস্থ চৎখি)

কুঞ্জঃ— অ···অসিরা হে ইশ্বর নঙগী লিলা। জামীন, ইচেবু ওাইরমথো ইচেসু লাক্কে [ খোকখি ]

Light

# ১৫শুবা উৎপা

মতম—অহিং। মকম—লম্বী লমহাং অচিকপা

(ইচিক ছুনবা অহিংসিদা প্রিয়ো মোৎলবা শেগাইরবা ফি শেক্তুন মখুত্তা য় লিক্লি অমা পায়রগা থাবল করবা পুর্নিমাগী অহিং অসিদা লম্বী অসিদা ভপ্পা হাইরং হাইরং লাকই)

প্রিয়োঃ—ভসিগী পুর্নিমাগী থেংলবা মীচিক মীরাওখোল ভাদ্রবা

মতম অসিদা মুংশি মৈচাক থাংবা ভগ্নবগীদমক্ত অমদি ইশাগী রাশক ভাক্লবগীদমক্তা য়ু ইবেম্ম নও থক্লী নওনা ঐগী শান্তি লাইরেম্বীনি (য়ু থকচিল্লি) এক…ওক (হায়ত্না ঈওয়কই লৈমাইদা তুথখি) (ভাগ্না অসিদা কুঞ্জমাল পিক্লবা অঙাং অমা পমলত্তনা কপ্পা কপ্পা য়ুক্লবা লম্বী অসিদা লাকই)

:— থেংলবা অহিং অসিদ মকম কদাইদনো ঐনা চৎকদবা ও…ওসিগী পূর্নিমাগী অহিং অসিদা লৈচিল্লক্কা পূর্নিমানা কেক্‌ লোৎপী শান্নরি পুর্নিনা অসিমক্তদা তামোচা ব্রোজেন নহাক্লা ঐগী শৈরেং "লৈচিল্লক্কা পুর্নিমা" হবী- খিবনি। মুমিং অদুদা নওগা ঐগা রাশক্‌থবা ও…মতম অদো চহি তরামুকী মমাংদ নকো অ—মুংশিদা মতমদো।

প্রিয়ো :— কনানো ইচিক হুনবা পুর্নিমাগী অহিং অসিদা মিরবা থোঞ্জেল অমা তারিবা। নহাক কনানো? অহিংদা থোকপী শান্তি লাইরেনবীর?

কুঞ্জ — (ভক্লা) ঐ অহিংদা থোকপী শান্তি লাইরেনবী নৎচদে। সংসারদা ঐগী হায়বদা কনা অমতা লৈক্লবা তোল্লবী মরাইবক থিরবী মুপ্পীমচা অগনি। অদুগা ইংলব অহিং অসিদা কি শেগাইবা শেৎলগা উফুল থক্লা য়াতারিবা নহাকপো কমামো?

প্রিয়ো :— ঐ মুংশি মৈনা চাক্লবা মীনি ঐ রাশক ভাকচরিবনি।

কুঞ্জ :— করম্বা মুংশি মৈচাক্নো, করম্বা রাশক্নো?

প্রিয়ো :— ঐগী অয়োইবা মতম অসিদা, ঐগী ৱাশক অদো নুপীমচা নংত্তোন্দা হায়রম্লগ। মমা-নৈত্তদ চহি তরামুক্তী মমাংদা ঐগা কনাগুম্বী নুপীমচা অমগা লোনা লৈনসি হায়না ৱাশক্লখি। নুপীমচা অদুগী মকমদা ঐনা ৱাশকখি। "নহাক্না ঐবু থাদোকপিরম্লবদি ঐগী পুন্সিদি য়ু থক্লনা লেনগনি হায়দুনা" অদুবু নুপীমচা অদুদি নুংশি খঙদনা অহেন অচেন পাম্বী অমা ওইরম্বনা ঐবু থাদোক্লমা চৎথিরম্মী। নুপীমচা অদুগী মফমদা ৱাশকখিবদু হৌজিক ফাওবা ৱাশক কায়দ্রি।

কুঞ্জ :— পুকচেল লেপ্তুবী নুপীমচা অদুগী নৌ করি কৌবিবগে ?

প্রিয়ো :— তাকখোকলোই ঐনা মাগী মীং তাকশোক্লরগা নত্তনা অত্তোম্মা মীদা শন্দোকখিদ্রে। নুপীমচা অদুগুম্বা নহাক্নসু পুকচেল লেপ্তুবী ৱাশক ত্তাক্লবা অমা ওইখ্রমগনি। মখোই নুপী হায়বা জাৎ অসে পুকচেল লেপতে।

কুঞ্জ :— নুপী অদুগুম্বা নুপী খুদিংমক পুকচেল লেপ্তুবী ৱাশক ত্তাক্লবী ত্তাক্লমি হায়না খনগনু।

প্রিয়ো :— করে অদুদি তাক্লগে নুপীমচা অদুগী মীংদি কুঞ্জমালা কৌই।

কুঞ্জ :— ( খত্তহোদনা ) কুঞ্জমালা…অদুগা নহাক্কী মীংদি।

প্রিয়ো :— ঐগী ইমীংদি প্রিয়ো কৌই। নত্তনা কুঞ্জমালাবু থেংনরবদি অসুম্না খর তম্বীয়ু, লাইবক থিবা প্রিয়োদি পুন্সি ইচেল লেপ্তুবা ফাওবা ৱাশক কায়রোই হায়দুনা।

ইস…ঐগী পুক থবাক অসে মৈদগী হেন্না শারে….চাক্নে ….ইমা….ইমা….ইশিং….ইাশং – ( শিবা )

কুঞ্জ : – তামো…নচলদি করি ওইরশিগেনে তামো, পুন্নমক অসে ঐনা পুকচেল কেপ্তুবী অহেন অহেন শান্বী মুংশিববু থোক কাওথোকপা ঙম্বী মুপী অমা ওইরুবনা মহাক্তী পুন্সি থমথিবনি হৌরক্লিবী মুপীশিংনা পুঞ্জমালাগী পুন্সি খঙলগা নশাগী পুন্সি চুমথোকহো, মুংশিববু মিরাইগনু, পুকচেল হেংগনু, রাশক ঙাকউ, মুংশিবদা হোংদোক হোংজিল তৌরুগনু।

অঙাওব :— ( লম্বী অড়দা লাকই ) ও….ঐগী মরুপ মশাগী রাশক ঙাক্লমগা পুন্সি থমথে। য়েংউ মুপীমচা মুংশিবগীদমক মশাগী রাশক ঙাক্তুনা মাইবী মাংলিবা অসে উদ্রা খন্দ্রা, অদুনা মুপীমচা, মুংশিববু থোক কাওথোকনু কাওথোক্লবদি মতম অমদা নঙঙোন্দনু মুংশিব হায়বা তমথিরবা মচু পুবা তিল অদুনা থম্মোয়দা মচেৎ মচেৎ থোক্লা চিক্লকনি। ল ও মরুপ চৎসি ( অশিব প্রিয়োগী হকচাংবু পুরহুনা চৎখি ) ( মতম অসিমক্তদ মাইরৈক অমদগী মীয়ামগী খোঞ্জেল "হাংলো …হাংলো, ফুরা ফুরো" হায়বা লোঞ্জেল অমা তাই। কুঞ্জমালা মাইকৈ অদোমদা ভিতক তিতক য়েংলুন লৈ। ও ইহাক লৈংগ অশোংবা নারক অমদগী জয়চন্দ্র ইহিং নাইহং শানা চেপ্থারকই অদুগা কুঞ্জমালাগী মাক্তা তুররে। অদুগা খোঞ্জেল অদুদি অসুম অসুম লাপথোকখি )

জয় :— পুন্নমক অসে য়ু, জুব্রার নঙশনিকো। মতম লেনবগী-দমক্তা অহেনবা শেলবা য়ু থকপদগী জুব্রার শান্নবদগী হৈন, মক্তু না জুব্রারদা মান চাং পুন্নমক থাদোকখ্রে। অদুগা মুগী নিংশানা মী অনিবুম্ন হাৎলে। লাইরিক লাক্ত অমা হৈজ্রনম্ন য়ু জুব্রারবু য়াম্না চান্নবা মীশক অতুদদি মপূক্লিদা কৈদৌঙুংদা মী ওইররোই

কুঞ্জ :— য়াশক ভাক্তবা য়ু থকপনা, জুব্রার শান্নবনা নশা অমদি ইমুং মুংলি হায়বদে হৌজিক্তা থঙলবরা ?

জয় :— ও শনহাক মফম অসিদা। থেংনবা অহিংগী মিচিক মীরাওথোল তাদ্রবা মতম অসিদা পাঙ্গল শোন্নবী নতোমতা। নহাক অকিবা থঙদবরা ?

কুঞ্জ :— ঐ হৌজিক কনাবুম্ন কিদ্রে। অকিবা লৈত্রবা মুংভাইরবা ঐগী চেক্তি বিলদিং অমা লৈরম্মা অতুবু য়ুম অদো হৌজিক্তি অতেপ্পা মী লাক্তু না ইমা ইচা ঐখোয়বু তানখোকপিক্লে। তাইবং অসিদা চংজকম লৈত্রবা ইমা ইচানা ইশ্বরগী খুন্নাবু থিবদা কনাবুম্ন কিদে।

জয় :— কুঞ্জমালা — ঐ নহাক্তী নকমদা লানখ্রে। ঐবু ভাকপীয়ু। কদাই .... ঐগী পিক্লিবা ইপারি অদু মশক অমুক্তা য়েংগে ও .... পারি ইবুংভো মুংশিবা নঙগী কোলোয় মীংলেনবু ইপানা থোনলমলগে অচিকপা অহিংগী পূর্ণিমা অসিগী মমীং লৌথনা "নিলচন্দ্র" হায়না থোল্লবনি .... কুঞ্জমালা .... নং

ঋিলচন্দ্রগী মপান্দগী অমুক্তং মুংঙাইনা পাল্লকউকো কুঞ্জ····
ম:-লা··· ( শিবা )

( কুঞ্জামালা উমুংগুম্না চপ লেপ্তুনা লৈ )

( লম্বী অসিদা ব্রোজেন, অমস্তুং ভানুপ'ত মুট কেস অমমম পায়রগা লাকই )

ব্রোজেন :— ভানুপতি, ঙসিগী থেংলবা অহিংগী মীচিক মীরাওথোল তাত্রবা পূর্ণিমাগী অহিং অসিদা নোংদোল খক্ত লৈচল্লক্তা পূর্ণিমানা কেকু লোৎপী শান্নরিস উরগা চহি তরামুক্কী মমাংদা থোকখিবা পূর্ণিমাগী অহিং অমবু নিংশি লকই।

ভানুপতি :— ( কৃষ্ণমালাবু উবদা ) ঐগী মুংশিরগা ইবুংঙো ( ব্রোজেনদা কোনসিল্লি ) য়েংউ হেলোইরা লাইরেনবীরা অমা লৈরে··

( কুঞ্জমালা জ্ঞান তারক্তুনা হিক্লা হিক্লা কপ্তুনা মপুরোইববু বিদায় পিরি )

ব্রোজেন :— থেংলবা অহিংগী মীচীক মীরাওথোল তাত্রবা মকম অসিদা হিক্লা হিক্লা কপ্লীবী মুপীমচা নংবু কনানো। হায়র্য নঙগী কবি অরাবা দয তারে। ঐনা ওম্বা থোক্লবদি নহাক্কী নত্তেং পাংলমগে।

কুঞ্জ :— ঐ রাশক ভাক্তবী মুপীমচা অমনি। অদোমগী থোক্কেল তাবদা চহি তরামুক্কী মমাংদা লম অসিদা লৈরম্বা কনাগুম্বা অমগী শক্তম নিংশিংলকই। চানবীত্তুনা অদোমগী অশেংবা পরিচয় অমতা হায়বীরম্মু।

ব্রোজেন :— চুমই ঐ লম অসিদা চহি তরাম্থুকী মমাংদা লৈরম্মী। করিগুম্না নিংবা থুংদবা রাশক অমদগী ঐ মনিপুর থাদোকখিবনি। অদুগা মীরৈপাক্তা মুপী অসিগী ময়ুমদা লৈরুই। মুপী অসিগী মপানা ইবানিবু লণ্ডনদা ডাক্তর F. R. C. S. পাস ভোইহল্লবা মতুংদা মনিপুরদা থোরকপনি [ মুপীমচা মগুগী অশেংবা পরিচয় অমুক হায়দুনা ঐগী চিংনবা পুক্নিং অসে কোকহল্লু।

কুঞ্জ :— তাক্নি ঐগী অশেংবা পরিচয়। অদুগা ঐ রাহং থর হংখিগে ; মনিপুরদা অদোমগী থঙন চান্নবা মরুপ মপাং কনা অমত্তা লৈতবরা ? অদুগা অদোম' ডাক্তর বাবুগী নিংনা করি কৌবীরগে ?

ব্রোজেন :— লম অসিমক্তা বোরাজাওবা অমম্তুং কুঞ্জমালা মপা মচাবু

কুঞ্জ :--( ঙক্না ) অহোয় থঙজৈ ( পিন্না থুনহংশিদুনা রা মথা তাবা ঙমদে )

ব্রোজেন :— অদুনি মখোয় করম করম পান্নি ঈশ্বরগী থৌজান্দগী মুংঙাইরিগনি হায়ন থল্লি।

কুঞ্জ :— মখোয়গী ইমুং কুইরে অরাবা মোংলৈ মুংসিং নংবা। বোরাজাওবা, মহাক্কী ময়ামুপানা থাংনা থিন্দুনা হাংখে। অদুগা ময়া মুপাদুম্থু শিখে।

ব্রো :— করি...করি ...থুড়াইবুংঙো বোর.জাওববু — অদুদি কুঞ্জমালা ১দি মখোয়দা শৈদাংদুম্না লৈবা...লাইরবা লাইরবী জিবোল অমদি জামীনিদি কমদোরি।

কুঞ্জ :— মশাগী রাশক ঙাক্তবী, অহেনবা পাম্বী কুঞ্জমালাদি পিরিবী মপারী অমগা লৈকম লৈতন্নবা কোয়না ভিক 'চৎলি। ফংলগা চাই কংব্রগা তোকই শোংলবা উমং মী লৈতবা লবুক লমহাংনা মাগী য়ারেকফম ওইখ্রি। অহুগা জিবোল জামীনিগী লৈকম ঐ হয়েং নোংঙাম্লগা তাকচগে ।

ব্রো :— ( য়াম্না চিংননা ) নক্তে নুপীমচা, নঙবু চহি ১০ গী মমাংদা মকম অসিমক্তদা পুর্ণিমাগী অহিং অসিদা প্রোফেসার জয়চন্দ্রগা নুংঙাইবা ঈপাক্তা পুন্সি লৈপুন ওইমিন্নখিবী ঐগী ইচল কুঞ্জমালা নত্রা ?

কুঞ্জ :—তামোচা ব্রোজেন, নচলবু অমুক হন্না ইকাইবা পীবীরগনু। লাইবক থিবী কুঞ্জমালানা নুপী রাথল ওইবদগী অহেনবা পাম্বদগী রাশক ঙাক্তবদগী রাশক অহুমক থুংহুনা ভুন্না লুখ্রা ওইরে। হেংউ থৱাই য়াওদ্রবা হকচাংনা নিংঙাইবা লৈতনা য়াতারিবসে ঐগী ইপুমোইবা প্রো কেসার জয়চন্দ্রনি।

ব্রো :— কুঞ্জ···মালা...ঙসি নহাক্না ওইরমলিবা কিবম অশিবু ক'রনো মঙলা তাইবংলা ( চংশিন্দুনা কুঞ্জমালা ১মুং অশিবদু য়েংলি )

: — তামোচ, পুন্নমক ঈশ্বর মাগী লিলানি ( মখোই অহুম তুমিন পুনিন লৈ। অচিকপহু থুগাইহুনা নিংথাগী অঙাংহু হন্না হন্না কপ্লকই )

Light

# অরোইবা উৎপা

মতম — অয়ুক।                মফম — লম্ফেল ডাক্তরগী কা অমা

(কমুং মখয় ১২নি। কা অসিদা জামীনিনা জিবোলবু শমলদুনা চংলকই। জিবোল মিঙ্গা বেন্দেজ চাওনা য়েংলি)

জামীনি :— তাতোলমচা, কমুং য়ৌবে কমলো।

জিবোল : — (কম্বা) জামীনি; ওসি ডাক্তরনা বেন্দেজ লোখো-কনিকো।

জামীনি :— উম তাতোলমচা, লোখোক্লগনি। অদুদগীদি মিৎ উরগনিকো।

জি :— অদুগা জামীনি, ইচে কুঞ্জমালাবু মফম কদাইদনো চংখি্রবদুবো।

জা :— খঙদে তাতোলমচা, ওসি কুম্নি পুম্না কারে মফম অসিদগী চংখিবদু। ইচে মরুবু মফম কদাইদা লৈরিগবা! ইচে নোই ঐখোইগী লাইবকসে নোংদম্বা থিথিনা নোংদম থিনা তমলমথ্রমানে। ও - তানা খবর য়োনবা লাক্লে! তাতোলমচা, পরিক্ষা হায়দোক্লে হায়বে ঐ খবর অমত্তঃ লৌরুখিগে (চেনখি)

জি :— ও...পরিক্ষা হায়দোক্লবা রিজল্লদি করিদা লাক্লমগবা।

(মতম অসিদা কৃষ্ণমালানা অপিকপা অঙাংদু পমলগা

মতুংদা ব্রোজেন, অমসুং ভানুপতি ইন্নরকই খ্বাইগী তুংদা।

লাল্লপ্না জামীনি হরাওনা খবর অমা শাররগা কল্লা চেনশিল্লকই)

কুঞ্জমালাঃ— ইচেগী ইবুংঙো জিবোল, ইপো'রা থর করবরা ?

জি :— ও—ইচে....ইচে.....নঙ লাক্লবরো ( মথুংদা মাই )

জামীনিঃ— ( য়োরক্লুনা ) . ইচে ইচে... য়েংউ...য়েংউনে ঐখোই তাকেংলেমচা' মে ব্রক্তা হোল অসামগী খ্বাইগী মকোক ওইরে। য়েংউ খবরদা তাতোলমচাগী ফোক্তোয়াওরে।

জি :— করি! ঐবু খ্বাইগী মকোক! কদাই খবরদু য়েংগে ঐ বেন্দেজ লৌখোক্লগনি।

কুঞ্জঃ— ঙাইথো জিবোল, ডাক্তরনা বেন্দেজড় লৌথোক্কদবনি।

ব্রোজেনঃ— ( পি শিল্লুনা ) ইয়াম্বগী ইবুংঙো জিবোল, ইবুংগী ইবেম্মা জামীনি ( জিবোল জামীনি ঙক্লা লৈ )

কুঞ্জঃ— ইচেগী ইবুংঙো জিবোল, ইচেগী ইবেম্মা জামীনি, য়েংউ নিপা অসে ডাক্তর F. R. C. S. ব্রোজেনসিং। অহুগা নুপী অসিসু ডাক্তর F. R. C. S. ভানুপতি দেবী নতৈমা অমদি মনম্মা।

জি :— ( খঙহৌদনা বেন্দেজ লৌথোক্লগা মুন্না য়েংলগা ) নহাক নহাক...তামো ( ময়াম্ববু কোল্লি )

ব্রো :— ইয়াম্বগী ইবুংঙো জিবোল

( মচিন মনাও চেজেৎ মুংশিনা কোম্নবা )

জামীনি :— ইনম্মা........

ভানু :— ইনম্মাগী ইবেম্মা জামীনি, ( মখোয় অনি কোম্নবা ) কুঞ্জমালা মন্নামগী মতৌবু মোমোন নোক্না য়েংজরি। অড়বু কা অড়ুগী ক চিন্দা থঙহৌদনা মমাই লৈখোকখি মিত্তুগী তারকপা পীনা সুংশিরবা মচাগী মাইথোংদা পোপ পোপ তারক্লি।

জামী :— ( মনম্মবু থাদোক্লগা ) তামো —( মখোঙদা তুই )

ব্রোজেন :— ( কোনখৎনীরগা ) ইবুংগী ইবেম্মা জামীনি।

জিবোন :— ইতৈমা ·· (ভানুপতিবু থুক্লমই )

ভানু :— ইতৈমাগী ইবুংঙো জিবোন, হৌগৎলু ( হৌগৎপী )

ব্রো :— ঙসি পংনা লৈরম্বা লব্রাই মচা এখোয় অহুম্মু কুঞ্জমালা অমদি নঙগী বাবানা এখোয়বু সমাজগী মীরক ভ্তিনবা মী অমা ওইহনবনি। মখোয়গী লমনবু পুন্সিসিদা শিং-ঙমলরোই। অড়ুগা ভানুপতি নঙ অমদি নঙগী বাবাগী মতেংনা এনা ডাক্তর F. R. C. S. কংলিবনি। নহাক্কী লমনম্মু তোল্লবনি।

ভানু :— এদি জাৎতা লতোপ্পা নখোইগী জাত্তা করম্না তিনগনি।

ব্রোজেন :— নঙসু মী, এসু মী, মাসু মী, এখোয় অমতাখ এখোয় মীচং মীথাহ জাৎ বিজাতি থাম্রবা ঈশ্বরগী মচানি।

কুঞ্জ :— হংনম্মা ভানুপতি, নখোয়গী নপালনগী এগী তামোচানা ডাক্তর F. R. C. S. ওইরিবনি করিগী মৈতৈ সমাজদা তিনবা য়াদদগে। সংসারদা জাৎ অনিতমক লৈ, লাইরবা,

ইনাকথুনবা অসিগী মমুংদা লাইবক ফবা, লাইবক থিবী।
( অসি হায়রগা কুঞ্জমালা মিত্তগী পী জর জব তারক্লূনা থজাই নাকল অনিদু পিনা পুৎচোৎ চোৎথে, খঙ্গাইদগী চেঙ্গয়কপা পী চদুম চদুম্বা পিক্লিবা অভাং অদুগী লাইবক্তা পোপ পোপ তারি )

ব্রোজেন :— ইবুংগী ইবেম্মা কুঞ্জমালা, নঙ করিগী কপ্লি। নঙগীদমক্তু, ঐখোয় অমদি ঐহাক লৈরি কপকনু কুঞ্জমালা, নঙনা কপ্পা উরগা ইবুংগী থম্মোয় কায়দোরে। পুম্নমক ইশ্বর মাগী লিলানি।
( চংশিন্দুনা কুঞ্জমালাগী পীবু ব্রোজেনগী খুৎনা তপ্না তপ্না তৈথোকপী।

—লোইরবা—